# খ্বাহিনা খণ্ডবদা কাম্মবা

## অরিবা ৱারি-ৱাখোঙ




শ্রীচিঙ্খাম জন্মেজয় সিংহ



ঋাইনা খঙবদা কান্নবা অরিবা ৱারি-ৱাথোঙ

# অইবগী ৱারোল খরা

থাইনগী লাইওইশ্নবা অহনশিংনা শীজিন্নরম্বা হিদাক, মন্ত্র, যন্ত্র ঙাক্তনি। অরিবা লুবাক তাবুনুংদা অমনবা চেদা ইদুনা ; মচেৎ-তারম্বা থেংনজদুনা, খোমজিনজরগা পুথোরকপনি। মসিদা কনাগুম্বা, ওজা, অখণ্ড-অহৈ লৈদুনা অশোইবা অরানবা চুমথোকপিরক্লবসু তৌবিমন কাউজরোই।

মীওইবনা য়ুম অমা পানবদা থোকপা য়াবা থৌদোক ঙাক্তনি। নুপা, নুপী - নহা - অহল পুম্বনা খঙজিনবদা কান্নগদ্রা খঞ্জদুনা পুথোকচবনি। থাইনগী লাই গুরুশিংনা থম্নীরম্বা ইরন্নি, খনবিদুনা লাইরিক ১/১ দং লৈবীদুনা পাবীনবা ঋাই তরাগী মফমদা নোল্লুকচরি।

অরোইবদা ঙহাক পোথানবা হায়দুনা ‘ড্রামা’ নাটক মচা ৩ সু হাপচরি। পাবিয়ু, নুঙাইবিয়ু, নোকপিয়ু।

*নোঞ্জরিবা অইবা ঃ*

শ্রীচুঋাম জন্মেজয় সিংহ
রেটিয়ার হেড পণ্ডিত
চরাংপাৎ বোইজ এলঃ পিঃ স্কুল,
চরাংপাৎ।

# থাগৎচবা

লাইরিক মচা অসি ফোংবদা মথাদা পীজরিবা মতিক মগুণ লৈরবা ইচাশিং অসিগী মতেংদগী ফোংজবনি। মখোয়গী তুংগী পুন্সিদা য়াইফবা ওইনবগীদমক ঈশ্বরগী মফমদা খুরুমজরি।

তেংবাংবীরকপশিংঃ

| | | |
|---|---|---|
| 1. | Ak. Noren Singh | Z.E.O. Zone III, Thoubal. |
| 2. | Ph. Ibopishak Singh | Chairman, Charangpat Co-op. Society |
| 3. | S. Ibopishak Singh | Head Clerk-Thoubal College |
| 4. | L. Kadamjit Singh | Wangkhem |
| 5. | Dr. L. Nandalal | Dental Sergon, Thoubal |
| 6. | Kh. Memcha | Primary Health Centre, Thoubal |
| 7. | Y. Muhori | Head Master, Charangpat H/S |
| 8. | Th. Khomdon Singh | Deputy Librarian, M.U. |
| 9. | Th. Chandra | Haokha |
| 10. | Ch. Kanta | Nepra |
| 11. | W. Kerani | S.D.O., Office-Thoubal |
| 12. | Kh. Purnachandra | Cashier U.B.I.-Thoubal |
| 13. | S. Lokhon | Athokpam Khunou |
| 14. | Ch. Tombi Devi | Cutting & Binding |

# খাইনা খণ্ডবদা কান্নবা
# অরিবা মারী মাথোণ্ড



অইবা

শ্রীচুড়াম জন্মেজয় সিংহ

# খাইনা খণ্ডবদা কান্নবা অরিবা ৱারী ৱাখোঙ

(চুথাম জয়েন্তয়না ইবা কান্নবা ৱারী ৱাখোঙ অমদি লীলা মচা খরগী পুনশিনবা লাইরিক।)




অফোঙবা ঃ শ্রীকাণ্ডবম শামু সিংহ, চরাংপাৎ।

অহানবা ফোঙবা ঃ মার্চ্চ, ২০০০।

কপী মশীং ঃ ৫০০(চামঙা)।

মমল ঃ লুপা ২৫/-(কুনমঙা)।

হক পুম্বা অইবগীনি।

(লাইরিক অসিগী মনুংগী মচাকশিং কনাগুম্বনা পুল্লপ শিন্দোকপা নত্তগা অতোপ্পা হিরম অমদা শীজিন্নগে হায়রবদি অইবদগী অয়াবা হান্না লৌগদবনি।)

নম্ফমঃ সিরোই ওফসেট প্রিন্টর্স, থৌবাল কৈথেল।

# জয়-শিব-শঙ্কর

## হিদাক শেম্বগী নিয়মশিং

১। নুমিৎ থবাল নক্ষত্র (থব্রানমিচাক) অমদি ঋতুগী মতুং ইন্না হিদাক শেম্বা, হেকপা, ফুকপা তৌগনি। মদুদি সরৎ-হেমন্তদী উগী মকু মরা লৌরগা শেম্বা। শিশিরদা মহে্ মরানা মরু ওই। নত্রবদি কান্নবা ব্রাৎলি। বসন্তদা মপাল-মনা অমদি ওলাংথা (গ্রীশ্মদা) মহে্ মরু লৌগনি।

২। হিদাক হেকপা অমদি ফুকপগী নিয়ম। মন্ত্র অমদি মওং চুন্নবদি কান্নে। নত্রবদি কান্নবা ব্রাৎলি। লৈশৌবুং, গুহা, লম্বী, উগীমখোং লাইগী মন্দির অমদি মোংফমশিং অশিদসু হিদাক হৌই। অদুবু মওং চুমদ্রবদি কান্নবা ব্রাৎলি।

৩। ঈশিং লৈতবা, মৈনা চাকথোকপ্রবা, মতম চাদনা হৌবা পাম্বী অমদি তীন্না চারবা মখোয়শিং অসি শিজিন্নবা ফৈ। অদুবু নিয়ম মতুং ইন্দ্রবদি কান্নবা ব্রাৎলি।

৪। নোংমগী নোংহেক ঙানবা, ফমুংদগী হেক হৌগৎলগা, করিগুম্বা পোৎশক অমগা লোয়ননা "শিব" পুজা কৎলগা, থাজবগা লোয়ননা করিগুম্বা অচা-অথক তৌদনা হিদাক শেম্বা-শাবা তৌগনি।

## খ্বাইনা খণ্ডবদা কান্নবা অরিবা ৱারী ৱাখোঙ

৫। *করিগুম্বা হিদাক অমা হেক্কে, ফুক্কে, হায়রবদি মন্ত্র সাধন তৌরগা উখোং অদুদা চংলগা মন্ত্র অসি শোনগনি।*
মন্ত্র ঃ ওঁ বেতালশ্চ, পিশাচাশ্চ, রাক্ষশাশ্চ, সরী সৃপা; । অপশর্পণ্ড-তে সবের্ব বৃক্ষাদশ্মচিহ্, বাঞ্ছঁয়া।। অর্থাদি বেতাল, পিশাচ, রাক্ষষ-১দি সরী সৃপা (মবুক্না চৎপা লিলগুম্বা) পুম্বা মফম অসিদা লৈরম্বা মখৈ মহাদেবগী য়াথংনি, মফম অর্জুসদগী চৎথোকখ্রো থীন্দনা।

৬। মতুংদা ওঁ নমস্তেহ মৃত সম্ভুতে, বিবর্দ্ধিন বালমায়ুশ্চ মেদেহি পাপান্নে, ত্রাহি-দৃরত ।। অর্থ ঃ- হে অমৃতনা তিল্লবা পাঙ্গল লৌশিং পিনবিবা। ঐঙোন্দা পাঙ্গল অমদি পুন্সি পিনবিয়ু ঐগী ফত্তবা দোষ মাঙহনবিয়ু। ঐনা নহাকপু খুরুমজরি। হায়রগা খুরুম্লগা হিদাক হেকউ, অমদি ফুকউ ।

৭। হিদাক অদু হেকপা অমদি ফুক্লিঙৈদা মন্ত্রা অসি হান্না শোনগদবনি। মদুদি ঃ- ওঁ হ্রী, ক্ষৌ ফটস্বাহা? মসি শোল্লগা কোন্না হিদাক লৌ।
N.B. মথক্কী নিয়ম অসি কায়রবদি মহয় লৈতে। (খণ্ডও) ।

## অনাবা হৌরকপা নক্ষত্রগী মহয় ।

১।(৩) কৃত্তিকা নক্ষত্রদা অনাবা হৌরবদি নুমিৎ ৯ নি নাগনি।
(৪) রোহিনী নক্ষত্রদা অনাবা হৌরবদি নুমিৎ ৩ নি নাগনি।
(৫) মৃগশিরা নক্ষত্রদা অনাবা হৌরবদি নুমিৎ ৫ নি নাগনি।
(৬) আর্দ্রা নক্ষত্রদা অনাবা হৌরবদি হিংগন্দে শি।
(৭) পুনর্ব্বসু অমদি (৮) পুণ্যা নক্ষত্রদা ওইরগা নুমিৎ ৭ নি নাগনি।
(৮) অশ্লেবা ওইরগা নুমিৎ ৯ নি নাগনি।

(৯) মঘা নক্ষত্র দানাবা হৌরবদি হিংগন্দে।
(১০) পুর্ব্ব ফল্গুনীদা নাবা হৌরবদি থা ২ নাগনি।
(১১) উত্তর ফল্গুনীদা নাবা হৌরবদি নুমিৎ ১৫ নি নাগনি।
(১২) হগস্তা নক্ষত্রদানা নুমিৎ ৭ নি নাগনি।
(১৩) চিত্রা নক্ষত্রদানা নুমিৎ ৎ১৫ নি নাগনি।
(১৪) স্বাতি নক্ষত্রদা নাবা হৌবা ওইরগা থা ২ নাগনি।
(১৫) বিশাখা নক্ষত্রদা নাবা হৌবা ওইরগা নুমিৎ ২০ নাগনি।
(১৬) অনুরাধা নক্ষত্রদা নাবা হৌবা ওইরগা নুমিৎ ১০ নি নাগনি।
(১৭) জ্যেষ্টা নক্ষত্রদা নাবা হৌবা ওইরগা নুমিৎ ১৫ নি নাগনি।
(১৮) মুলা নক্ষত্রদা নাবা হৌবা ওইরগা হিংলরোই।
(১৯) পুর্ব্বষাঢ়া নক্ষত্রদা নাবা হৌবা ওইরগা নুমিৎ ২৯ নি নাগনি।
(২০) উত্তরাষাঢ়া নক্ষত্রদা নাবা হৌবা ওইরগা নুমিৎ ২৯নি নাগনি।
(২১) শ্রবনা নক্ষত্রদা নাবা হৌবা ওইরগা থা ২ নাগনি।
(২২) ধনিষ্টা নক্ষত্রদা নাবা হৌবা ওইরগা নুমিৎ ১৫ নি নাগনি।
(২৩) শতভিষা নক্ষত্রদা নাবা হৌবা ওইরগা নুমিৎ ১০ নি।
(২৪) পুর্ব্বভাদ্রপদ নক্ষত্রদা নাবা হৌবা ওইরগা নুমিৎ ২৯ নি নাগনি।
(২৫) উত্তরভাদ্রপদ নক্ষত্রদা নাবা হৌবা ওইরগা থা ১ ½ নাগনি।
(২৬) রেপবতী ওইরগা নুমিৎ ১০ নি।

(১) অশ্বিনী নোংমা। (২) ভরনী নক্ষত্র ওইরবদি হিংগন্দে। মওং অসি খণ্ডগদবনি।

## ২শুবা শরুক মওং অমা।

থাংজ, নোংমাইজিং, লৈবাকপোকপা নুমিত্তা নারবদি নুমিৎ অদুনা মঘা, আদ্রা, শতভিবা, স্বাতী, পুর্বফল্গুনী, পুর্বষঢ়া, পুর্বভাদ্রপদ, অমদি মুলা নক্ষত্র থোক্লবদি অদুগা থা মরিনি পানবা মঙানি পানবা, তরুক্নি অমদি নিপান্নি ওইরবদি অনাবা অদু শিগনি। অমনা অনাবা অদু নিংথৌকাবা ৫ নি পানবা, শগোনশেন নিনি পানবা অদুগা ইরাইদা ৪ নি পানবা ওইরবদি শিগনি। নুমিত্তা থোক্লগা হাপ্তা ১, তিথি (থবান) থোক্লগা নুমিৎ ২১ নি। অদুগা থাবান নক্ষত্র ২ থোক্লগা থা ১ হেন্না নাগনি। অমনা নুমিৎ, থাবান, নক্ষত্র ৩ পুন্না থোক্লবদি লাইনফাও কনবা ঙম্লরোই খঙগদবনি।

মওং অমনা- ঋতু ৬ না চহি ১ শাই। মদুনোংমগী মনুংদসু অদুম ওই। অহিং নুংথিল ২ দা ঋতু ৬ লৈ। অদুম্না নোংঙানবদগী পুং ১০/১১ ফাওবা মতম অসি বসন্তনি। নুমিৎ য়ুংবা মতমদা গ্রীষ্মা (ওলাংথা) নুংথিল নুমিদাংয়াই বর্ষা। সন্ধা, শরৎ-অহিংনোংয়াই হেমন্ত, নোংঙাল্লমদাই শিশির (নিংথম থা) ওই। নোংমদা ঋতু ৬ অসি দণ্ড ১০ / ১০ দা ওইগনি। দণ্ড ২ ½না পুং ১ ওই। অদুগী মনুংদা বসন্তদা বসীকরন (শুমহৎপা) গ্রীষ্মদা কাইনবা থুগাইবা। বশাদা বিদ্রারন (খৎনবা) শরতা শান্ত, (অফবা)। শিশিরদা হাৎনবা (মারন) গী থবক পুম্নমক পাংথোক্কনি। মতম ঋতুগী মতুং ইন্না থবক খুদিং পাংথোক্কনি। ওন্নরবদি ফল-লৈতে। সাধন মন্ত্র শান্নবদা খুনাওবীগা খুনিংথৌগা, খুবিনা শোক্লগা জপ (শোনগনি) খঙও।

## খ্বাইনা খণ্ডবদা কান্নবা অরিবা ব্বারী ব্বাখোঙ

### হিংবা-শিবা খণ্ডনবা মওং।

১। মী মহাক অদুনা মশাগী মখোঞ্জেল-মনানা তাজবা ঙমদ্রবদি অদুগা মমিৎকী উবা ঙম্বা শক্তি লৈত্রবা শোইদনা শিরগনি।

২। মী মহাক অদুগী মচিনবান অদু ঈগুম্না ঙাংলবা মরেনা করিগুম্বা মহাও ১ তা খণ্ড্রবা থা ২ ফাওবা হিংবা ঙম্লরোই।

৩। না তাদ্রবা না মতোন লেকথরবা, মিৎ মপাল থোক্লবা হায়বদি মিৎ কুপ্পা ঙমদ্রবা শোইদনা শিরনি।

৪। অহিং নোংয়াইদা ইন্দ্র ধনু (চুমথাংখনবা উবা) থাদা মঙাল উদ্রবা হায়বদি গ্রহনগুম তৌরবদি পুক্সি লোইরক্লে খণ্ডগনি।

৫। চাবা মতমদা অপেনবা লৈরক্রবা চানিংদুনা ঙাক লৈরবা অমদি য়ানা হরাওরক্লবদি হিংলরোই কুইনা ।

৬। নোং ঙাল্লকপদা নুমিৎ থোকপা মতমদা মী অদুগী মাঙ-তুং -নাক-য়েত্তা লমহুই খোংবা তাবা উবা শিরগনি খণ্ডও।

৭। অহিং তুম্বদা মঙদা শম মৈ চাকপা, উৎ ওইনা অমদি ইচেল-নাইবা তুরেন্না কংবা উরবদি নুমিৎ ১০/১১ নিদা শিরগনি।

৮। মঙদা মফি য়াওদবা অকনবা মীনা ফাবা পুনবা উবা। শোইদনা শিরগনি। অদুগা মমঙদা মশাপুম্বা মহাক্কী লৈখোম, লৈনাংনা তৈবা উরবদি হিংলরোই।

৯। মী অদুগী মঙদা অঙাংবা অমদি অমুবা ফি শেৎহল্লগা ঈশৈ শরুম্বা নত্রগা নোকপা অদুগা কনাগুম্বী নুপী অমনা পুদুনা মখা মাইগৈদা চৎল্লবদি শোইদনা শিরগনি।

১০। করিগুম্বা ক্বাক ময়াম্না য়োমদুনা মঙোন্দা চিকপা-ফুবা তৌরম্বা অদুগা ওই ওইনা উৎ মপৈ-মপৈ তাবা উরবা অদুগা মশাগী মমিদা মওং কাইনা উরবা। নুমিৎ ৪/৫ নিদা শোইদনা শিরগনি।

১১। মী অদুনা মখা মাইগৈদা অমুবা মচুগী চুমথাং খনবা উরবদি থা ৩ দগী হেন্না পুন্সিররোই।

১২। মী অদুনা ঘি-থাও অমদি মিংশেন্দা, ঈশিংদা মমি য়েংবদা মকোক উদ্রবদি থা ১ দগী হেল্লরোই।

১৩। মী অদুগী মশা-মফি মচিন্দা অশিবগী মনম ফাওরবদি নুমিৎ ১৫ নিগী মনুংদা শিরগনি।

১৪। মী অদুনা ঈরুজবা হেক লোইরগা মশাদা হেক্তা মচুম কংথ্রবদি অমদি ঈশিং মচু ওন্না উরবদি নুমিৎ ১০ নিগী মনুংদা শিরগনি।

১৫। মী অদুগী মমঙদা য়োং, শাওম তোংদুনা মখা রোমদা চৎলম্লবদি শোইদনা শিরনি খঙও।

১৬। মঙদা য়োংশুক পায়বা ফিমু শেৎপা মীগা খৎন-চৈনবা অপনবা পীরম্লবদি-থা ৩ গী মনুংদা শিগনি।

১৭। মঙদা অমুবী নুপীনা খুৎপায়দুনা চিংলম্লবদি থা ৬ তগী হেল্লোই।

১৮। মঙদা য়োং তোংদুনাা মমাঙলোমদা চৎলম্লবদি থা ৬ তগী হেল্লোই।

১৯। অরিকপা মীনা দান য়াম্না তৌরক্লবা, দান পীগনবা মীনা য়াম্না লিকশিল্লক্লবদি কুইনা পুন্সিররোই। খঙও।

২০। মী অদুনা অরাপ্পা অতিয়াদা ধ্রুবতারা, য়ামধনু থাগী মঙাল, মৈ মঙাল, উরক্ত্র বদি চহি ১ দগী হেল্লরোই।

২১। নুমিৎকী মঙাল, মৈগী মঙাল নিংথিনা উরক্লবদি থা ১১ দগী হেল্লরোই।

২২। মী অদুগী মমঙদা ভুত, প্রেত, হিংচা, য়াইতম, হুই লাংজা, ওক গোমায়ু, খরং, খাগোললাবা অমদি বৃক হায়রিবা জীবশিং অসিনা চিকপা, চাবা-তৌরম্লবদি চহি ১ গী মতুংদা যম চৎথ্রগনি।

২৩। মঙদা অঙাংবা-মৈনা মনম নুংশিবা লৈ ফি অঙাংবনা মশা পুম্বা কুপ্পা ওইরবদি থা ৮ দা শি নি।

২৪। মী অদুগী মঙদা উৎ-ৱাই, লৈশৌ ১ দি ধুপ মচৈনা তৈরন্নবদি থা ৮ দগী হেন্নরোই।

২৫। মী অদুগী মমঙদা ফি মচেৎ শেত্তুনা গর্দ্দভদা তোংদুনা চৎপা ওইরন্নবদি শোইদনা শিগনি পুল্লিরোই খঙও।

২৬। মমঙদা মশাগী যোনি (অথুপ্পা মফম) নত্রগা মশাদা নাপী অমদি উ অকংবা শীংনা নল্লন্নবদি থা ৬ তা শিরগনি।

২৭। মশাগী নুংশাশ্বর থিংলগা মশা নিরুবদি থা ৪ দা শিরগনি।

২৮। অহিংদা অকাশদা-থা ২, নুংথিল্দা নুমিৎ ২ অমদি ঘৌৱানমিচাক উরবা, অতিয়াদা মৈগুম উবা, মতম অমত্তদা মাইগৈ মরিদা চুমথাং খনবা উরবা চীংদা গন্ধর্বশিংনা হৱাও-কুম্মে তৌবা অহিং নুংথিল্দা উরবদি শোইদনা শিরগনি।

৩০। মী অদুগী মনা পঙশিন্দুনা করিগুম্বা খোঞ্জেল অমত্তা তারক্লবা, হকচাং ময়েং তারবদি থা ১ দা শিরগনি।

৩১। মী অদুনা ঈরুজবদা মশাগী থবাক, মখুৎ থুনা কংলবদি থা ৩ দগী হেন্নরোই।

৩২। মী অদুগী মনাতোন য়েত্তা মশাগী মমি উরবদি নুমিৎ ৫ নিদগী হেন্নরোই।

৩৩। মী অদুগী মখোঙনা উৎ-অমদি লৈখোমদা নেৎপদা মচেৎ-মচেৎ তারবদি থা ৫ দা শিরনি।

৩৪। নুপীগা হকতিন্নরিঙৈদা হাকথি খল্লবদি থা ৫ দা শিগনি।

৩৫। অকাম অপেৎ ব্রা তারগা মশাগী কাম (বকাজ) তারবদি থা ৫ গী মনুংদা শিরগনি।

৩৬। মী অদুগী নাতোন ২দা নুমিৎ ১০ নিচুপ্না নুংশাশ্বর চপ মান্নবা অদুম হোল্লবদি কুইররোই থুনা শিরনি। অমনা য়েৎথংবা নাতোন্দা অহিং নুংথিল চুপ্না স্বর লৈরবদি নুমিৎ ৩ নিদা শিরনি।

৩৭। মনাতোন্দা স্বর হোন্দনা ময়াদা হোল্লবদি নোংমা নিনিগী মনুংদা শিনি।

৩৮। খঙহৌদনা অমুবা কোরি মচু মানবা মীশক উরবা, খুদক অদুদা মশাগী মমিস্ উরবদি চহি ২ দগী হেল্লরোই।

৩৯। মতম অমত্তদা মী অদুগী থি য়ুং ফম্বী, নপ, মতিল চপমান্ননা চৎলবদি চহি ১ দগী হেল্লরোই।

৪০। মী অদুনা অতিয়াদা অশংবা মচুগী মৈখু উরবদি ১দি চীংদা মৈকু মচু তত্তনা কুপ্পা উরবদি থা ৬ তগী হেল্লরোই।

৪১। শিরমদাই য়ৌরক্লবদি অতিয়াদা থৌব্রাম্নিচাক 'ধ্রুবতারা' উবা ফংলরোই।

৪২। মী অদুনা থৌব্রান থাদা নুংথিন্দা ঈশিংদা নোংমাইজিং নুমিত্তা মওং চাদবা মমি উরবদি থা ৬ কী মনুংদা শিগনি।

৪৩। মী অদুগী খৌরী চিনবান, লৈ, য়া অমদি হকচাং পুম্বা খ্রক খ্রক কংশিল্লক্লবদি হায়বদি হকচাং ময়েং তারবদি হকচাং ময়েং তারবদি থা ৬ তগী হেল্লরোই।

## খাইনা খওবদা কান্নবা অরিবা বারী বাখোঙ

### অরুম-লাইহৌ ফনবা হিদাক।

১। চাবা তুমদবা ঈংবা ঋাবদগী লাইহৌ তৌরবদি কেশুর (হুইদ্রু) পাম্বীগী মরা ৭ কক্লগা শাইদুনা চারবদি থুনা ফগনি।

২। উচিথী, শিং অকংবা, মিংথৌখোংলী, ফদিগোম, রক্তচন্দন, চরোং মরা পুন্না রত্তি ৩১ ঈশিংদা সের মখাইদা লোন্দুনা পরাইদা ঙাইরগা লৌরগা চারবদি নিক্তুনা হৌবা অরুম পুক নাবা পুন্নমক ফগনি।

৩। নোংমাইজিংদা খোংনাং বট পাম্বীগী মরা-নত্রগা মশা খরা লাংশুং তরেংনা তিনবা অঙাংবা লংনা পুন্দুনা খাংদা পুল্লবদি অরুম অপুম্বা ফৈ।

৪। ফি অমুবা ১ না অনাবগী মশাদা কুপ্লগা কয়লা পথর মচেৎ নত্রগা মকুগী মমৈনা মশাদা নাল্লবদি অরুম লাইহৌ ফৈ।

৫। অরুম লাইহৌগী মন্ত্র :- ওঁ নমো ভগবতে ছিন্দি (অনাবগী মমিং) শির প্রজুলিত পন্ড পাসে পুরুষায় ফট। মন্ত্র অসি শোন্দুনা লৈপাক্তসু ইরগা অনাবা অদুনা হিপ্লবদি অকনবা অরুম লাইহৌ পৈ।

৬। য়েৎখৎ মরা মরু খুত্তা পুল্লবসু অরুম লাইহৌ ফৈ।

৭। চাং মান্নবা শিং নোংমানখা মহী লৌরগা খোইহীগা তিল্লগা নুমিৎ ৩ নি চাবা থকপা তৌরবদি অকনবা অরুম লাইহৌ ফৈ।

৮। থাংজ নুমিত্তা লাঙ্গোন্না খোইদোকপা অকংবা লৈবাক লৌরগা অতোপ্পা নুমিৎ অদুগী নোংঙানবা ফম্মুংদা তুল্লিঙৈদা লৈপাক অদুনা চন্দোন ওইনা থিল্লবদি অরুম অপুম্বা নুমিৎ খরনিদা ফগনি।

৯। অশ্বিনী নক্ষত্রনা পানবা নুমিত্তা লেফালিকা লৈগী মকু অমদি লৈ অদুগা য়াও মতু খরগা পুন্না য়োমদুনা হকচাংদা খাংদা পুল্লবদি ঈ ফাইবা অরুম ফৈ।

১০। মন্ত্র ঃ ওঁ বানবুদ্ধে মহাযোয় ঋাদশাক নমপ্রঙে। জাভোহ্‌সেক্কি মহ্‌ধীযা মুঞ্চ ত্যৈকাহিজুর। সনা খোংনাং মনাদা মথক্কী মন্ত্র অসি ইরগা নুপাগী য়েৎ-নুপীগী ওই পাম্বোমদা লং অহিংবনা য়োমদুনা পুল্লবদি অদুগা ইমুংগী লৈমাইদা ইরগা অনাবা অদুনা য়েংহল্লবদি অকনবা অরুম লাইহৌ নুমিৎ খরনিদা ফরক্কনি।

## লোক খুবগী হিদাক।

১। ত্রিকলা (মনাহী, হৈনিং, বোরোহ্‌) শিং অকংবা অমদি মোরোক মকুপ চাংমান্ননা খোইহীগা তোৎলগা লেক্তুনা চারবদি লোক খুবগী লাইনা ফৈ।

২। উচিথি মকুপ, উচান মকুপ, শিং অকংবা মকুপ চাং মান্ননা লৌরগা ঈশিং অশাবদা পুন্না ফুৎলগা থক্লবদি লোক কংখু খুবা ফৈ।

৩। অকনবা লোক যক্ষারদা লিল মকু লৈপাক তাদবা তকখাইরগা খোইহীগা তোৎলগা চারবদি অকনবা লোক ফগনি। নত্রগা নোংমানখা মরা য়াও মখোমগা লোয়ননা চারবসু ফৈ।

৪। খামেল্লা মরা-মরু খোইহীগা তোৎলগা থক চারবসু লোক অকনবা অনাবা ফৈ।

৫। কাসলা-(লোক্কীলাইনা) দ্রোনপুষ্পা (ময়াংলেম্ফুম) মহী নৈরগা মনম নম্লবসু নিংথম চন্না ঈংনা তৌবা লোক লাইহৌ ফৈ।

৬। অঙাংন শিথ-শিথ লোক খুরবদি থম্বাল অঙাংবা, থরো ঙাংবা য়াওনা লৈ অঙাংবা ঙাক্তা মখল ৭ শুনা ফুৎলগা পীথকপদা হপ্তা ১ দা লোক ফৈ। অহন্নসু য়াই।

## খ্বাইনা খঙবদা কান্নবা অরিবা ম্নারী ম্নাখোঙ

### হকচাং কুচু ওনবা ফনবা।

হঙ্গাম মরুম মকুপ থোইদীং অমুবা থাও জীরা অমুবা চাং মান্নরা লৌরগা তোত্তুনা হকচাংদা তৈরবদি কুচু ওনবা মাঙখিবা অদু ফৈ।

### কোক চিকপগী হিদাক।

১। তেখাও য়াইখু-থম্বাল অশংবা উনি ওইনম্মী, চীন কবপুব পুন্না হঙ্গাম থাওদা ঙৌরগা কোক্তা তৈরবদি কোক [illegible] অনাবা ফৈ।

২। থোইদীং অমুবা থাও, নিংথৌখোংলী [illegible]মগা লোয়ননা তোৎলগা কোক্তা তৈরবদি কোক নাবা চিকপা অনাং [illegible] পন্না ফৈ।

### য়া নাবগী হিদাক।

১। হুইদ্রু মরা, মরু, শিং, ওকহিদাক ফি মচেং [illegible] যামদুনা ওইরবসু চিদা উমদুনা শাইরবদি য়া পুন্সিগনি।

২। অঙ্গোং অঙৌবা মনা য়াদা তক্লবদি নত্রগা বকল উগী মরু শাইদুনা চারবদি য়া চেংলি।

### খোং হাম্না থি ফাইবা-পুকচৎপগী হিদাক।

১। পুংফাই নাপী নত্রগা চরোৎ অঙৌবা মরা শাংবা মান্নরা ৭খক কল্লগা লং অঙাংবনা কিদুনা খ্বাংদা পুল্লবদি খোং হাম্না পুকচৎপা ফৈ।

২। কোনা পাম্বীগী মরূ-মরা খোইহীগা চাং চানা তিল্লগা চাবা মতুংদা য়ুবা মহী থক্লবদি ইতোন ঈ ফাইবা ফৈ।

## খাইনা খঙবদা কান্নবা অরিবা হ্বায়ী হ্বাখোঙ

### মিৎ নাবগী হিদাক।

১। বোরোই মরাগী মহীগা নিম মনাগী মহীগা তিল্লগা মিত্তা হাপ্পবদি মিৎ নাবা, উদবা ফৈ।

২। ক্বাক্বী-ঈ অমসুং মতোং অমদি মকুগী মমিৎকা তিন্দুনা শেল্লা মহী অদু অফবা নুমিৎ ১দা নুমিৎ তারমদাই (সন্ধ্যা)দা মিত্তা হাপ্পবদি অহিং অমম্বদা ফজনা উবা ঙমগনি।

৩। শামু মনাতোনগী মচুম অদু মিত্তা হাপ্পবদি মিৎনাবা শোইদনা ফগনি।

### না তাদবগী হিদাক।

১। না য়েশিন্দুনা তাবা হ্বাৎলবদি শামভর থুম (সৈন্ধব লবন) গা হুই মযুংগা তিল্লগা নাদা হাপ্পবদি না তাদবগী দোষ কোক্বনি।

২। অঙ্গোৎমনা মৈদা য়াইরগা নাকোং মখুন্দা নমশিল্লবদি নাকোংদা নুংশিৎ হায়গত্তুনা ঙুংঙুং ঙংদুনা তাদবা থুনা ফৈ।

৩। না য়াম্না থিনা তাদবদা, মনাহী, হৈনীং, বোরোই, (ত্রিফলা) উহৈগী মকুপ য়োৎ মকুপ (হোরাই ময়া থাংবগী মকুপ) গা খোইহীগা তোৎলগা হাপ্পবদি না তাদবা ফৈ।

### খুজিন লাইশুম।

থোইদিং অমুবা মরু তকখাইরগা কাজিগা লোয়ননা ঙৌরগা মদু অনাবা মফমদা থোল্লবদি অনাবা ফৈ। অহানবদা মোরোক অমদি রক্ত চন্দন মকুপ চাং মান্ননা তিল্লগা লশিং তেপনা অনাবা মফম অদুদা তৈহৌগদবনি।

## মৈনা পোকপগী হিদাক ।

যব তকখাইরগা থোইদীং থাওগা তোংলগা অপোকপা মফম অদুদা তৈরবদি মৈশা অদু থুনা ফৈ। অমনা থোইদীং মরু ঙৌরগা থাওগা তোংলগা তৈরবসু মৈচাক অশাবা ফৈ।

## শম কেনবা ফনবা ।

উতং ন্না মরা-মনা, ভীমরাজ (পাম্বী মচা মখল অমা) গী মহী অদুগা কাঁজিগা লোয়ননা তোংলগা তৈরবদি শমকেনবা ফৈ।

## কুষ্ঠ রোগ(অঙৌবা পকপা)

১। অপরাজিৎতা, অঙৌবা, অমুবা ২মক্কী মকু খোল্লগা তৈরবদি কুষ্ঠ ফৈ।

২। শিং অকংবা, নিম মনা মকুপ হৈগ্রগা তোংলগা চারবদি অনাবা কুষ্ঠ অদু ফৈ।

৩। নিংথৌ খোংলি অমনা য়াংলি উরীগী মরাগা শঙ্গোম অফস্বগা তোংলগা খোইহীগা তোংলগা চারবদি কুষ্ঠ লাইনা ফৈ।

৪। কুশ, মহী, তিংথৌ, চেং, অঙ্গোৎ মপাল অমদি লফুগা চাং মান্ননা তিল্লগা ক্ষীর থোংলগা অনাবা মফমদা তৈরবসু কুষ্ঠ ফৈ।

৫। উচিথী, মোরোক শরুক ৩ , নিম মনা শরুক ১ নিংথৌ খোংলি শরুক ১ ঈশিংদা তিংলগা তৈরবদি অঙৌবা পকপা ফৈ।

## তুমনিংদনবা হিদাক ।

ইরোই মচি মকুপ মাইরেল মকুপ চাং মান্ননা তোংলগা মিৎপান্দা তৈরবদি তুমনিংলোই।

## তুম্বা য়াদবা তুমনিংনবা ।

মোংফমগী লৈপাক অমদি মন অমুবীগী ময়ুংগী লৈপাক লৌরগা পুন্না হকচাংদা তৈরবদি অদুগা "নিদ্রাময়ী স্বাহা" শোল্লবদি কন্না তুমগনি। অমনা "ওঁ সিদ্ধ সিদ্ধ যোগিনী মহানিদ্রা স্বাহা" মন্ত্র অসি মহানিন্দ্রা দেবী পূজা কংনবনি, মন্ত্র অসি ইমুংদা ৩০০ (চহুম) লক শোল্লবদি ইমুংগী মী পূন্বা কন্না তুমগনি।

## হকচাং চোংবগী মহে ফল।

কোক চোংলবদি চাওখৎপা ফংই। লাইবক চোংলগা অনা অয়েক ফংই। মিৎ চোংলগা পোৎ-চৈ ফংবা পী। মিৎ ওই চোংলগা মী খৎনৈ। ২ মক চোংলবদি অৱাবা পাও তাগনি। অশি অনাগীগুম্বা তাই। চিনবান মথক চোংলগা অথুম-অহাও চায়। মখা চোংলগা মী খৎনৈ। য়ারি চোংলগা শা ঙা চাবা ফংই। য়ারি মথক মখা ২ মক চোংলবদি ঈশৈ নুংশিবা তাবা ফংই। খৌরী চোংলগা অশিবগুম্বা অৱাবা ফংই। পাম্বোম য়েৎ চোংলগা লল ফংই। ওই চোংলগা অতোপ্পা নুপী উনৈ। ২ মক চোংলবদি লল থুম চাওখৎলি। খোইদৌ চোংলবদি শিগনি। খ্বাং য়েৎ চোংলগা ফিরোল ফংই। ওইচোংগা মরুপ চান্নবা উনৈ। পুন্না চোংলবদি উসব চাবাফংই। হকচাংগী অথুপ্পা চোংলবদি নুপী(নুপা)গী মরল ফংই। য়েৎকী লেংবান চোংলগা লম চৎলি। ওই চোংলগা বুদ্ধি লৌশিং চাওখৎলি। অমাংথোং চোংলগা লংফৈ চৎলি। খোং য়েৎ চোংলগা লম কোয়বা চৎলি। ২ মক চোংলগা ানংথৌগী সেবা ফংই। অচৌবা খনবা য়ারে।

## খাইনা খণ্ডবদা কান্নবা অরিবা মারী মাখোঙ

### শ্রুতিধারন (খিত্তা ঙাংবদা তানবা)

হৈগ্রে মপুম তকখাইরগা অচাথাওগা মকুপ অদু তোৎলগা মদু নুমিৎ খুদিংগী অয়ুক ঙন্তা হকচাং শেংদোক্লগা চাং তম্না (মাশা ১ গী চাংদা) চারবদি মীনা খিত্তা ঙাংবদা শেংনা তাবা ফংগনি।

### য়েক্লবগী খুৎলাই ঙাকথোক্লবা।

মালতী লৈগী মরা-মরু ফুক্লগা লংহিংনা পুন্দুনা পাম্বোমদা যন্ত্রগুম শিরবদি লান্দা ইশাদা অতোপ্পগী খুৎলাই না পাল্লোই।

### পাঙ্গল অমদি কাম পোক্লবা হিদাক।

পাম্বী ওইনা হৌবা মাইরেন মরী চৎতবা (ভুমিকুম্মাণ্ড) মাইরেন জাৎ ১নি। মদুগী মহী খল্লগা চিনি, থোইহী ১দি ঘী পুন্না তোৎলগা শঙ্গোম অনৌবগা লোয়নননা থক-চারবদি অহনসু নহাগুমগনি মসি শোইহ্রবনী। অমনা হায়রিবা মাইরেন অসিগা শঙ্গোম অফম্বা হৈবোং মহিগা পুন্না ফুৎলগা মকুপ অদু চারবদা অহনসু নহাগুম ওইগনি। কৃত্তিকা নক্ষত্র পানবা নুমিত্তা শিং মরু ফুক্লগা য়াদা উমদুনা জঙ্গোল চৎলবসু অকনবা শা ফাবা ঙম্বা পাঙ্গল লৈগনী। অতোপ্পা ১না অপারজিতা মরা মরী ফি অঙৌবা অহলবা ১ না য়োমদুনা পাম্বোমদা পুল্লগা, নুপী তিন্নবদা মতম শাংনা লৈগনি।

## খাইনা খঙবদা কাল্লবা অরিবা য়ারী য়াখোঙ

### মী উদনবা ঙহাক লোৎপা।

ময়াং কাকী, লমহুইগী শাদোং-শওম ওইগী শরু মকুগী য়েৎকী শরু চাংমান্নবা লৌরগা তকথাইরগা মদুনা বত্তী তারগা উরুমদা কংহল্লগা অদুনা মিত্তা কাঞ্জন থারবদি মদুনা মুত্রিমখৈ মীনা উবা ফংলোই।

### মী শুমবা মন্ত্র হিদাক।

মন্ত্র ঃ " বসুমতীর মাটি মুক্তি পাচোম কাঠকারী। অঙ্গদিলুম যুক্ত কালিমার আজ্ঞা ; মুঞ্চি লুকা য়োলুম কালিকার আজ্ঞা।" মথক্কী মন্ত্র অসি লৈবাকপোকপা নুমিত্তা থাশি থোকপা নুমিৎ অমদা নোং হেক ঙানবদা করিগুম্বা পোৎশক অমত্তা শোকত্রিঙৈদা নোংপোক নত্রগা অৱাংদগী লৈপাক খর মন্ত্র অসি শো' দুনা লৌরগা অমুক শোঞ্জিল্লবদি মদুগী লৈপাক অদুনা কনাগুম্বা মীগী মশাদা হেক তৈবদা মী অদু খুদুম চনগনী। চাউথোকলোই।

### হকচাং মনম নমথীবা ফনবা হিদাক।

থোইদীং মরু হঙ্গাম অঙৌবা মরু, মেথিত অসি পুন্না তকথাইরগা মদু হকচাংদা তৈরবদি হকচাং নমথীবা ফগনী।

### হকচাং মনম নুংশিনবা হিদাক।

হৈনৌ অকংবা মরু মনাহী অমদি হৈগ্রু পুন্না তকথাইরগা চারবদি হকচাং মনম নুংশিগনি।

খাইদা থওবদা কারবা অরিবা য়ারী য়াথোঙ

শকতু থোরবা।

হৈগ্রে মপাল মহয় জামগী মহী থোংহীগা লোয়ননা হকচাংদা তৈরবদি নুপী, নুপা অহল ফাওবা নহাগুম মঙাল লৈগনি।

খোল ময় নুংশিনবা।

য়াইঙং (হরিদ্রা) ওকহিদাক, উচিথী, যমানি, (হিদাক য়োনবা দুকান্দা ফংই) মোরোক, শঙ্গোম, থুম, (নুংগুম্বা মতুম) শিং অকংবা পুল্লা কুপ্রা তকথাইরগা চাং মান্নরা থোংহীগা লোয়ননা নুমিৎ ৭ নি চারবদি খোল-ময় নুংশিগনি অদুম্না মরক মরক্তা চারবদি কিন্নরগুম খোল কৈ।

হকচাংগী হৌহন্নিংদবদা হৌবা তু কেনবা।

জমেন, তিংথৌ অঙৌবা, লকুপা অকংবা মৈ থারগা উং অদু লৌরগা তৈরবদি হকচাংগী তু কেনগনি।

নুপীগী থবাক চাওনবা অমদি কনবা হিদাক।

জুনাকুপুম অজৌবা লৈ, মন অমুবীসী মথোম ২ ডিজগা য়োরবদি অহল ওইরবা নুপীসু নহাগুম থবাক চাওগনি।

## খাইনা খঙবদা কারবা অরিবা য়ারী য়াথোঙ

### নুপী পেনহন্নবা ।

পুষ্যা নক্ষত্র নত্রগা মখা নক্ষত্রদা, নুমিৎ অদুদা অঙোৎ অঙৌবা মরা লৌরগা লৎহিংনা পুন্দুনা খাংদা কিরগা রতি ক্রয়া (নুপী তিন্নবা) নুপী অদুনা চান্না লুনা তৌগনি, থক থাদোকলোই।

### মীনা নুংশি চান্না তৌনবা ।

পুষ্যা নক্ষত্রদা শগোল হিদাক মপাল, ভরনীদা মহ্য়, বিশাখাদা মকু, হস্তাদা মনা ১দি মুলাদা মরা লৌরগা কর্পুর গোরোচন অমদি কুঙ্কমগা লোয়ননা চন্দোন ওইনা থিনবা মাইদা লৈবা তৌরবদি লাই ফাওবা শুমহৎপা ঙমগনি। অতৈ লাইরি।

১। মন্ত্র ঃ- ওঁ সরসর ওঁ ওঁ স্বাহা। মন্ত্র অসি ৭ সক শোল্লগা ঈশিংদা নোংঙানবদা ঈশিং অদু থক্লবদি জগৎ শুমহৎপা ঙমগনি।

২। ওঁ দন্ডায় মহাদন্ডয় স্বাহা। মন্ত্র অসি ৭ লক শোল্লগা ফিজি কিশিল্লবদি মী খুদিংমক শুমহৎকনি। (মীরক চঙ বদা)

৩। "হ্রীঁ কারং" ৭ লক শোল্লগা মনম নুংশিবা পোৎ ১গা তিল্লগা চন্দোন থিল্লবদি নিংথৌ ফাওবা শুমহৎপা ঙমই।

৪। মন্ত্র ঃ- আনি, আনি, চানি, চানি, মোহি মোহি হ্রীঁ হ্রীঁ হ্রীঁ হ্রীঁ জগাদ্ববশং ভবতু স্বাহা। মন্ত্র অসি শোন্দুনা চিন হেংলবদি জগৎ শুমহৎপা ঙমগনি।

[illegible]

মিং নাব-[illegible] হিদাক।

কওবা খবক য়েংহৈদবা পুম্বা খদোক্লগা সজ্যা মতমদা ঘি খোইহী, মনাহী, হৈনিং, বোয়োই, (ত্রিফলা) মকুপ তক্লগা তেক্লুনা চাবা লেকপা তৌরবদি মিং খক নারোই।

নাকোং লাইখুন কনবা হিদাক।

হঙ্গাম অঙৌবা মহী, খামেন বারমশিকা মচা, নাওইদোং পাম্বী মরা, মনা চাংমন্ননা শুগাইদ্রগা হামেং মখোমগা লোয়ননা নাকোংদা হাপ্লবদি লাইখুন ফৈ।

য়া নাবা চীকপা কনবা হিদাক।

১। মনাহী মকুপ খোইহীগা তোংলগা কোরিংগী পাত্রদা মতম খর মৈদা শাহল্লগা, মদুনা গুনি তারগা য়াদা উমদুনা থল্লবদি য়াগী লাইনা তীল, চাবা-লৈরোই।

২। জাতী কৌবা লৈপাম্বীগ্রী মন্না, অরাক্কেগে মুন্না অযুক্তা শাইবা নত্রগা মশানা য়া থিল্লবদি য়া চেংলি। য়া নোমদুনা তেক্কদৌরবদি বোকুল উগী মক শাইদুনা চাবা, [illegible] চিন তেংলবদি [illegible]। মশা শুগাইদ্রবদু [illegible]। [illegible] নি শীরিভৌশ্য ফৈ।

## খুইলা খণ্ডবা কাজবা অরিবা মরী য়াখোত

### লিলনা চিকপগী হকনবা হিদাক।

১। যন ময়ুংদা নিংথৌখোংলি, নত্রগা য়াংজি, মকক মকক করগা খরা লৌরগা শেন্না হিদাক অদু খরা চাবা থৌরবদি লিলগী হ কৈ।

২। অককপা অয়াকপা চীন কর্পুর কোনা মরু-মরা তকথাইয়গা ঈশিংদা নৈরগা থক চারবদি লিলগী হ কৈ। পুংফাই, চরোং মরা চিকফমদা শ্রু শ্রু নৈরবসু অনাবা কৈ।

৩। শঙ্গোম অকম্বা, খোঁইহী, ননী, উচিথী, শিং, মোরোক, ওকহিদাক মীতৈ থুম নত্রগা থুম মখন ৮ অসি তিন্দুনা শেন্বা হিদাকতু চারবদি অকনবা হ পুন্না কৈ।

৪। অপারিজিতা অতৌবা মরা, উচান মরা ২ অসি ঈশিংদা লৈরগা মহী অদু নাতোন্দা মনম নমহল্লবসু লিলগী হ কৈ।

৫। য়াই অমুবা, ওকহিদাক ২ অদু চাংযাম্লনা তিল্লগা শঙ্গোমগা তোত্তুনা থক্লবদি হ কৈ। য়াইঙৎ অমুবা, ঘি, খোঁইহী, ওকহিদাক পোৎলমশিং অসি তিন্দুনা চারবদি হ কৈ।

৬। অয়িংবা ঈশিংদা হয়া হয়া মতম থর তিংলবদি হগী অনাবা কৈ।

৭। শজিবু চৈরাওবা নুমিত্তা নিম মনা চারবদি চহী ১ দি লিলগী হ কারোই।

৮। অপারিজিতা মরা থিগা তিল্লগা চারবদি হ কাবা কৈ।

### নুপা নুপী তিজবা য়াদবশিং।

নুপী অমুনা মশা শেংলবা নুমিৎ ৩ নি নত্রবা য়াদে, শেঙ্গবা য়াদে। ৪নি শুরবদি মনা ঈস মাইথ শেংদোক্লগা নুমিৎ খুরবা, মপুরোইবগী সেবা য়ারে। মীওইবনা অক ফত্ত নুমিৎ রেংত্রবদি মহাপাপী ওই, নরক তাই। লাইগী নুমিৎ

খোকপা, একাদশীদা নুপী শোক্কবা য়াদে। করিগুম্বা তিন্নরবদি পুন্সি ময়েং তাই। থাশি, পুর্নিমাসু তৌহেদে। অমাঙবা ওই। লংকৈ চংলমদাইদা নুপী তিন্নরবদি খুদোংথীবা নংগনি। থাগী ১৪ নি, ৮ নি পানবদা নোংমাইজিং ওইবা, অমদি থাগী সংক্রান্তি নুমিত্তগী নুমিৎ ১৬ নিগী মনুংদা গর্ভ পীগদবনি, মদিসু অহানবা, ২শুবা, ৩শুবা ৪নিশুবা, ১১ নিশুবা ১৩নিশুবা হায়রিবা নুমিৎ ৬ নি অসিদি থাদোক্কদবনি। কত্তবা নুমিৎনি। অমনা মঘা ১দি মুলা নক্ষত্রনা পানবা নুমিৎসু নুপী তিন্নবা য়াদে। পুন্সি ময়েং তাই, মরু ওইনা নুমিৎ ৫নিদি খক তিন্নগনু।

পুর্নিমা, থাশিদা মরু হুনগ্রবদি অঙাং অদু পুন্সিরোই। নত্রগা মগাঙ্গল শোনগনি। অযুক নুংথিন্দা নুপা উন্নরবদি পুন্সি ময়েং তাই। অদুগা করিগুম্বা অঙাং মরু হুনগ্রবদি মহাপাপী ওইগনি, লমচং কজরোই। নুমিদাংসু অঙনবা মতমদা মরু হুনগ্রবদি পুন্সিরোই। পুং১/১০ দা ওইরগা লাইয়-অনং ওইগনি। নোংয়াই মমাংদা নুপী খক তিন্নগনু করিগুম্বা অঙাং ওইগ্রগা অতোনবা মীগী মনাই ওইগনি।

নোংয়াই মতুংদা মরু হুনবা অঙাং অফবা, অফাওবা ওইগনী। নুপীনা মশা নাবা শুমদবা কান্দা তিন্নদুনা অঙাং ওইগ্রগা ময়াং কংবা অশোনবা অঙাং ওইগনি। ৪ নিদা অঙাং ওইগ্রগনা পুন্সিরোই ১১ নীদা মরু হুন্দুনা পোকপা মী অদু মতুংদা মচা পোক্তবা মী ওইগনী। ১১ নি দা ওইরগা ধর্ম্ম লৈতবা ওই। ১৩ নীদা পাপী ওই খঙউ।

## [illegible]

### অঙাং নুপা-নুপী,গী লাখল।

নুপীনা মকোক লুজবা ৪নি নুপা, ৫নি নুপী, ৬নি নুপা, ৭নি নুপী অসুম্ন। নুমিৎ ১৮.নি কাওবা ওইগনি। ১৬ নিগী মতুংদদি অঙাংখক ওইররোই। মরুওইনা অফবা নুমিৎ অঙাং কৈ.ফরুবা নুমিৎ ফত্তে, খঙউ।

### মহ কাবা তীল, বৃশ্চিক্রচিংবা চিন্নবদি।

ঈশিংদা হিং নৈরগা অচিকপা মফম অদুদা থৈবা থোক্না তৌরবদি হ্ অদু থুনা ফগনি।
মন্ত্র ঃ- “ হাঁ, হ্রী, স, চ ওঁ ” মন্ত্র অসি অমুক মথক মখা ওন-ওন শোন্দুনা অচিকপা মফম অদুদা নাল্লু। থুনা ফগনি। মহাদেবগী য়াথংনি।

### হইনা চিকপগী হিদাক।

চিচিন অঙাংবা, হঙ্গাম থাও, অঙ্গোংকী য়াম পুন্না তিল্লগা চিকফমদা থোন্নবদি হ্ কারোই। অচিক মচিনা য়ুরবদি মফম অদুদা ঘি নৈরগা মৈদা য়াইবদা থুনা কৈ।

### মৈনা পোক্তনবা মন্ত্র।

“ ওঁ হ্রীঁ মহিষ মর্দ্দিনী লহ্-লহ্, হল,হল কণ্ঠ, কণ্ঠ, সুভর, সুভর অগ্নি স্বাহা” মন্ত্র অসি লিশিং তরালক শোল্লগা, মৈমক চঙবদা মৈনা পাক চাক্রোই। অদুগা অমনা মন্ত্রশিং অদু শুনা শোল্লগা ধৃত কুমারীগী মহী খুত্তা তৈরবদি মৈতাল অচাকপা খুৎনা পায়বদা শারোই। য়োৎ মৈ ইকপা পায়বসু শারোই।

### খাইনা থওবদা কাম্নবা অমিবা মারী মাথোং

### য়েক্লবা তমহন্নবা শাজেন।

ওঁ হ্রীং রক্ষ চামুণ্ডে কুরু কুরু (য়েক্লবগী মমিং) অমুকং মেবনা মানয় স্বাহা। মন্ত্র অসি হাম্না শোন্দুনা শাম্নরগা মতুংদা পাংগোং (পলাস) কৌবা উগী মকু অদু কোয়না খোক্লগা চিন্দা উমদুনা থম্লবদি য়েক্লবা অদু বা ঙাংবা থোক্লোই।

### শম মুনবা, ফনবা হিদাক।

মনাহী উহে অদু নুমিৎ ৭ নি হামেং মখোংদা তিংলগা কংহম্লবা মদু কুম্ন। তকথাইরগা মকুপ অদু থোইদিং থাওগা তিন্নদুনা তৈরবদি শম মুই, কৈ।

### থবক তৌবদা মাই পাক্লবা শাজেন।

আর্দ্র নক্ষত্রনা পানবা নুমিত্তা বট পাম্বীগী মশা মচা ১ হৈনৌ পাম্বীগী মশা ১ লৌরগা পাম্বোমদা যন্ত্র ওইনা শিরবদি লাল অমদি থাথোক লাথোক জয় ওইগনী। করিগুম্বা লৈবাকপোকপা নুমিত্তা বিশাকা নক্ষত্রনা পালবদি নুমিৎ অদুদা ফি ১ লৈরগা ফি অদু শেং ইল্লগা চংলবদি লান-থংন-চৈনা পুম্বা জয় ওইগনি।

### লাইনা থৌজানখিনবা শাজেন।

কোনা মনাদা লাই তিংথংনা মী মশাগী মমিং ইরগা লৈথোম মনুংদা ফুমদুনা থম্লবদি লাইগী লাওবা মিথরেং কৈ। অমনা গোরোচনা মমিং ইরগা পাম্বোমদা যন্ত্র ওইনা শিদুনা থম্লবদি লাইনা শাউদে।

### লাইনা অশাওবা লৈরে খঙলবদি ।

‘ওঁ সান্তে, প্রসান্তে, সর্ব্ব ক্রুদ্ধো পসমনি স্বাহা’ মন্ত্র অসি ২১ রক শোল্লগা ঈশিংনা চিন তেংলবদি লাইগী অশাউবা ফৈ, তৌজবা থবক মঙ্গল ওইগনি।

### হকচাংগী হৌহন্নিংদবা মফমদা হৌবা তু কেন্নবা।

পাঙ্গোং উগী মকুগী মকুপ-চমেন মকুপ পুম্না চিল্লগা লফু মহীদা তোংলগা তৈবদা তু কেনগনী। অমনা মোইবুংগী উং হাপ্তা অমা লফু মহীদা তিংদুনা তোংলগা মদু চমেনগা তোংলগা তুহৌবা মফমদা তৈরবদি তু কেনগনী।

### ঈ হাথবা থিংনবা হিদাক ।

ক্বা শুপারি অফুংপগা, খোংনাং তরুং উগী মকুগা পুম্না চারবদী ঈ হাথবা ফৈ। অমনা লি পাম্বীগী মহীগা, শগোল মখোমগা তিন্দুনা থক্লবসু ঈ হাথবা, ওবা, ফাইবা পুম্না ফৈ।

### মচা পোক্তবা পোক্লবা সাজেন ।

১। পাঙ্গোং পাম্বীগী মনা অদুদা মচা পোকদৌরবা নুপী ১ গী খোম খরা লৌরগা তিন্নদুনা চারবদি মচা পোক্তবা নুপী মচা পোকনি।
২। নুপীনা মকোক লুজবা নুমিত্তা থি অমসুং ঈশিংদা চিগোংলৈ ১ গা তোংলগা থি অদু শজোমগা লোয়ননা চারবদি অদুগা মপুরোইবগী সেবা চংলবদি মচা পোকনি । হিন্না মতমদসু থি চাগনি।

৩। মকোক লুজবা নুমিৎ অদুদা হামেং মখোমগা অপারাজিৎ অমুবগী মরাগা নৈদুনা চারবদি মচা পোক্কনি। অমনা মচা ১ পোক্লগা মতুং অমুক মচা পোক্লবা নুপী অদু কাকবন্ধ্যা কৌই। মদুগী লাইয়েং।
অপারিজিতা লৈগী মকু খোক্লগা ইরোই মখোম শঙ্গোমগা তোক্তুনা থোংলগা চারবদি নুপী অদু অনৌবা মচা পোক্কনি। মদুদা মন্ত্র "ওঁদ্দম্ম, মহাগনপতে রক্ষামৃতং মৎসুত দেহি" অতোপ্পা ১না নুপী অদুনা মচা পোক্ক-শির কয়ারক তৌরবদি কফোই মরা অদু শঙ্গোমদা তিংদুনা নৈরগা ঘিগা তোক্তুনা মশা শেংদবা মতমদা চারবদি অদুগা মপুরোইবা সেবা ওইরবদি মচা শিবা অদু ফগনি। অমুক শিরোই।

## অঙাং পোকপদা চিংনদনবা ।

ওঁ মম্মহ বাহিনী লম্বোদরং মুঞ্চ-মুঞ্চ স্বাহা।" মন্ত্র অসি ঈশিং লুম্বু শাবদা শোল্লগা মীরোনবী নুপী অদুদা পীথক্লবদি অঙাং পোকপা চিংনদে। অমনা "অংওঁ হাং মমাস্ত্রি মুত্তয়ে" মন্ত্র অসি চাবোকশঙদা ফমদুনা শোন্দুনা শান্নরবসু অঙাং চিংনদনা পোক্কনি।

## গ্রহ শান্তিগী-গ্রহ শাউবা ফনবা।

যেষ্ঠা নক্ষত্রনা পানবা নুমিৎ ১দা কফোই পান্বীগী মশা মচা ১ লৌরগা অঙাংগী লৈবা য়ুমদা থোংজিন্দা পুন্দুনা থম্লবদি অঙাংদা ফত্তবা গ্রহ দশা লাকলোই। নোংমাইজিং নুমিত্তা পুষ্যা নক্ষত্রনা থোক্লবদি নুমিৎ অদুদা মালিকা লৈ অঙৌবগী মরা ফুক্লগা অঙাংগী মঙক্তা লিকুম শিবিরবদি ভুত প্রেতকী অকিবা লৈরোই।

**খাইনা খণ্ডবদা কান্নবা অরিবা রারী রাখোঙ**

**লাইথুং অস্তৌবা কুঠ ফনবা।**

ওকী মখোম ওকথাও পুন্না তিল্লগা মশাদা তৈরবদি অদুগা খরসু চারবদি অস্তৌবা পকপা ফৈ। অমনা লাংহরিক্কা থাগা পুন্না চারবসু ফৈ।

**অস্তাওবা ফনবা।**

ষণগী থি থুম সাস্তের ওকী মহাও চাং মান্নবা তিল্লগা মদু হামেং মখোমদা তিল্লগা থক চারবদি স্নান তাদবা ফৈ।

**নিংবা থুংনবা গনেশ পূজা কৎনবা মওং**

নোংমাইজিং নুমিৎ পুষ্যা নক্ষত্রসু থোকপা অমদা অঙোৎ অস্তৌবগী পাম্বী খুদুম ১ শাংনা লৌরগা খুবিমুক চাউবা গনেশ মুর্ত্তি ১ শারগা পুক্লীং চংনা রাখল লোংদনা ভক্তিগা লোয়ননা করবীর লৈ অশ্তাংবা ১দি মনম নুংশিবা ধুপ থারগা মথাগী মন্ত্র অসি শোন্দুনা অনিংবা অদু নিজরবদি শোইদনা নিংবা থুংগনি

মন্ত্র ঃ- পঞ্চান্তকংও অন্তরীয় স্বাহা

ওঁ হ্রী পুর্ব্বদয়া ওঁ হ্রীঁ ফট স্বাহা (হন্না হন্না কয়ারক শোল্লু)

## চন্দোনগী মওং ১।

মশাগী ঈ খর লৌরগা গোরোচনগা তিল্লগা চন্দোন ওইনা থিল্লবদি অউবা খুদিংমক্কা নঙবু নুংশিগনী।

## য়া ঙাংবদা পন্দনবা।

কৃত্তিকা নক্ষত্রদা অপাম্বা উপাম্বীগী মশা ১ লৌরগা যন্ত্র ওইনা পাম্বোমদা শিরবদি য়া ঙাংবদা পল্লোই। অদুগা ১ না স্বাতী নক্ষত্রনা পানবা নুমিত্তা লৈ শাংপা পাম্বী ১গী মশা লৌরগা যন্ত্র ওইনা পাম্বোমদা ধারন তৌরবদি মানা অনিংবা অপাম্বা অদু শোইদনা থুংগনি।
মন্ত্র ঃ- ওঁ অন্তরীক্ষায় স্বাহা। (হন্না হন্না শোল্লু)

## লবুক্কী মহয় মরোং মাঙদনবা।

ভরনী নক্ষত্রনা পানবা নুমিত্তা কুশা পাম্বীগী মশা অদু লৌরগা লবুক্তা থল্লবদি তীন কাঙনা মহয় মরোং অমাঙ অতা থোক্রোই।

## ইশৈ শকপদা খোঞ্জেল নুংশিনবা হিদাক।

১। জাতী লৈপাম্বীগী মনা, জীরা, মুড়ি, লারু, চমত্রা মনা ১দি খোইহী পুন্না তিল্লগা তোলা ৮ লোম চারবদি খোঞ্জেল ফৈ।
২। বোরোই, জীরা, শিং অকংবা থুম সাঙ্গর দারুচিনি, চাং মান্ননা লৌরগা ষন অমোমগী ময়ুংগা লোয়ননা নৈদুনা তোলা ২ লৌরগা চা-থক্লবদি কিন্নরগুম খোল ফৈ ১সুং নুংশি।
৩। চিনি, খোইহী, উচিথী মকুপ খরগা তোত্তুনা গুনি তারগা চারবদি কোকিলগুম স্বর নুংশিবা খোল ওইগনি।

## মী শা অঙাওবা ফনবা হিদাক।

১। অশ্লেষা নক্ষত্রনা পানবা নুমিত্তা চিংসুবু অঙৌবা মরা ফুক্লগা হামেং মথি নত্রগা ময়ুংগা তোৎলগা শেম্বা হিদাক অদু কনাগুম্বা মী অমসুং শা ষন অঙাওবগী মকোক্তা খর হাপ্লবদি তেগনি, নতুং ইল্লকনি।

২। রক্তচন্দোন অমদি হঙ্গাম অঙৌবা, কেতুকী থাও পুন্না তিল্লগা মৈদা লিশিং লক (১০০০) হোম তৌরবদি নিংথৌ ফাওবা খুদুম চনবা ঙমগনি।

৩। অশ্লেষা নক্ষত্রনা পানবা নুমিত্তা নাগেশ্বর পাম্বী অদুগী মরা-মরু লৌরগা যন্ত্রগুম পাম্বোমদা শিরবদি জীব পুম্বা শুম্বা ঙমগনি।

৪। উত্তর ফল্গুনী উত্তরাষাঢ়া অমদি উত্তর ভাদ্রপদ নক্ষত্রনা পানবা নুমিত্তা অয়ুক নোংহেক ঙানবদা সনা খোংনাং পাম্বীগী মকুখোল্লগা পাম্বোমদা যন্ত্র ওইনা ধারন তৌরবদি মফম খুদিং মাই পাকপা ওইগনি।

৫। ভরনী নক্ষত্রনা পানবা নুমিত্তা হৈগ্রুগী মরা, বিশাখা নক্ষত্রদা হৈনৌ মরা অমসুং পুর্ব্বফাল্গুনীদা কফোই মরা লৌরগা পাম্বোমদা ধারন যন্ত্র ওইনা শিরবদি লাই ফাওবা শুম্বা ঙমগনি।

৬। হৈগ্রু পাম্বীগী মরা, মরূ ঈশিংদা তক্লগা মহী অদু মিত্তা কাজন ওইনা তৈবা অদুগা চন্দোন ওইনা লাইবক্তা থিল্লবদি মী পুম্বনা নুংশিগনি। চান্না তৌগনি।

৭। অহিং অথেংবদা অপাম্বা মীশক অমগী মমিং অদু হায়রগা মখাগী মন্ত্র অসি শোন্দুনা কয়ারক শান্নরবদি অপাম্বা অনিংবা অদু থুংগনি।

মন্ত্র ঃ- ওঁ সহ্বল্লীংবল্লাং করবল্লীং কাম পিশাচ অমুবীং (মমিং) কামং। গ্রাহয়, স্বপ্নেন মমরূপেন, নখৈ র্বাদারয় দ্রবয় স্বেদেন বন্ধনং শ্রীঁ ফট।

৮। ওঁ নমঃ কামদেবায় সহরম সহাপিনে বহে বুনন মম দশনিং উৎ কন্ঠিতং কুরু কুরু দক্ষদন্ডবর কুসুমংবানেন হন হন স্বাহা। মন্ত্র অসি ত্রিসন্ধ্যাদা চামা (১০০) লক শোন্দুনা হাপ্তা ১ শান্নরবদি অপাম্বা মী অদু খল্লগা, মদু ওইরবদি মানা হেক উবদা নঙবু পামগনি।

## খাইনা খঙবদা কান্নবা অরিবা য়ারী য়াখোঙ

### মিৎ নাবা ফনবা শাজেন।

ওঁ সিদ্ধি চক্ষু শূল শূল রক্ত বিসার। মাথা মনোহর রতু দ্বারা চক্ষু ঝারম চক্ষুর বিঠফুৎ কারে মারম। মন্ত্র অসি শোন্দুনা শাম্নৌ, মিৎ ফগনি।

### মৈনা পোকপা শাবা ফনবা।

এঘরের আগুন ওঘরকা জল সীতা দেবীর অগুন বক্ষা রক্ষা কর। হকচাংগী মফম ১ দা মৈনা পোক্লবদি মথক্কী মন্ত্র অসি শোন্দুনা কামশিল্লু, মৈশা ফগনি, দাগ লৈরোই।

### হুরানবা ফানবা শাজেন।

চোর চোট্ট বাঁ শের পাতা। ঘরের আইসে কাটম মাথা। দুয়ারের আগেদিব শূলা। চোরের লাগিবে ভুলা, জাসরে বসুমতি ঘাগ সতদিন সাত রাইত জাসিয়া থাক, গুরু ছেলারে মান গুরু দোহাই থাক তোদেরলাগ। সন্ধ্যা য়াচংবা মতমদা মন্ত্র অসি অমুক্তং শোল্লগা খুবাক খুগনি। করিগুম্বা হুরানবা হান্না চংখিবা লৈরবসু জ্ঞান মাঙদুনা অদুম লৈরগনি (তুম্বা মতমদা মোন্দা শোনগদবা।

### ডাকু-ডাকাতি চংদনবা শাজেন মন্ত্র।

হিম্বা বিল, আম্বা হিকা কুন আল্লারপাকা যেইখানে দেখিলাম তস্করের তরি সেইখানে-থাক। দোহাই কুল আল্লার। ঈশিং খরা লৌরগা মন্ত্র অসি ৭ লক শোল্লগা কামশিল্লু ঈশিং অদুদা। মতুংদা ঈশিং অদু য়ুমগী মাইগৈ ৪ দা চাইথোক্লবদি য়ুম অদুদা ডাকু চংবা ঙমদে।

## খ্বাইনা খঙবদা কান্নবা অরিবা য়ারী য়াখোঙ

### হকচাং ফন-নোয়পেন্না পাঙ্গন কন্নবা শাজেন।

ঈশিংদা শান্নবা ঃ- অক্ষয়, অভয়, অঞ্জন কায় এই তিননামে আমার অঙ্গের ধাতুর বিদ্ব কল্লাম ক্ষয়। কার আজ্ঞাসিদ্ধি গুরু শ্রীরামের আজ্ঞা। নুমিৎ খুদিংগী নোংঙানবদা মন্ত্র অসি ঈশিংদা শোন্দুনা থক্লবদি হকচাং নোয় পেন্না ঈ ফনা বুদ্ধি লৌশিং ফনা পুল্লিবা ওইগনি। পিথ্রাইগী পাত্রদা ঈশিং অদু হাপ্পু অদুগা ৭ লক শোল্লগা থক্‌দবনি। হাপ্তা ১ শান্নৌ।

### কফবারন ঃ- লোকথুদুনা ওবা চিকপা নাবা ফনবা।

মন্ত্রঃ- আওরে, বাওরে ঠান্ডিরে মার নিমনামের আজ্ঞা। গোরক্ষ নাথেরবর। মন্ত্র অসি কনাগুম্বা হকচাংগী মফম ১ দা পায়রগা নারিবা মফম অদুদা হন্না হন্না শোন্দুনা কামশিল্লু অনাবা অদু চেনখিনি। ফগনি।

### পোংশেম যাদুমীনা তৌরকপা তেন মশাদা হনখিনবা মন্ত্র।

করাৎ-করাৎ করাৎ। চাইর কোন পৃথীবী ক্ষরিকবামের হাতের করাৎ আইতে কাটে, যাতে কাটে, ছেদ কাটে, ভেদকাটে দান কাটে, হাস, গোক্ষুর কাটে, চাউন কাটে, চাউন কাটে, চাউনি কাটে, বান কাটে কুজ্ঞান কাটে কারহাতের কাটে, কাপ করাতি মা সাজি দেবী তুমমি সাক্ষ তোমার নামেতে আমি দেবর্গবান নর মরান, খাম বাম করম ভার আমার ফন্দ ছাড়িয়া সিয়া সত্তুর দুষবনের ফন্দে থাক। কনাগুম্বা মী ১ না মী অমা মাঙনবা ঙাও-ফৈনবা, য়ানবা থারকপা মন্ত্র তেন অদু থারকপা মশাদা হনখিনবা শাজেল মন্ত্রনি। মথক্কী মন্ত্র অসি শোল্লগা অনাবা মী অদুগী মশাদা কাম কামদুনা অসুম শান্নরবদি অনাবা অদু ফরগা ফত্তবা পোং অদু থারকপা মী অদুদা হঞ্জখিগনি মশাদা তেনবানগনি খঙও।

## খুজিন্দা মিংশেলগুম্না অফ-ফত্ত য়েংনবা মন্ত্র।

"রক্তকালি, রক্ত গৌরী, রক্তা কয়া পুরী রক্ত খাইস, রক্ত পীস, রক্ত পিন্ডে কারিয়া ভর (অনাবগী মমিং) অঙ্গেরদেবদানব, গন্ধর্ব্ব হাক্ষ রাক্ষষ (য়েংলিবা মীগী মমিং) নখের উপর বান্ধিয়া হাজিক কর ভব, ভব স্বাহা, কালিকা চণ্ডির আজ্ঞা) কনাগুম্বা নুপীশিংগী মখুৎ খুবিগী খুজিন ২ দা মখাগী পীরিবা মন্ত্র অসি খুজিন্দা হঙ্গাম থাও তৈরগা মুন্না য়েংহল্লগা, অদুগী মতুংদা মাইবা অখংবা অদুনা মথক্কী মন্ত্র অসি লিশিং ৮০০০ (লিশিং নিপাল) লক শোন্দুনা শান্নগনি। মতুংদা মন্ত্র অতোপ্পা ১সু শোনগনি। মদুদি ঃ- "মহাদেবী কালিকা সওরে চলি আরে, কিঙ্কিনী ঝুনু বাজে রাঙ্গা পায়সেত পর্ব্বতে চলিয়া সাই সায়রে রাজা সৌ ভট্টরায়।" খুজিন্দা শোন্নবা মন্ত্রনি।

## মখল কয়াগী কুম্মৈ।

লশিং মরু খরা লৈবাকপোকপা নুমিত্তা লিল ১ ফারগা ময়াদা ইল্লগা মদু লিন্না চারোই। মদুনা লশিং মরু অদু লৈপাক্তা থারগা হৌরকপা, লিলগী ময়াদা ইল্লুবা মরু অদুনা হৌরকপা পাম্বী অদুনা লশিং পাল্লগা মদুনা বার্ত্ত তারগা ৱাগী থাওগা, অমুক লুপ্পগা মৈ থারবদি ইমুং অদু লিল ঙাক্তা লৈবা ওইনা উগনি।

## কোরিগী পাত্রদা লুপা মানহনবা।

লফু মহী, গন্ধক (সম্ভক) অসিগা লৈপাক্না তোৎলগা কোরিগী পাত্রদা তৈরবদি কংলগা লুপা মচু মানগনি। মদু য়োন্নবগী নত্তে চুম্না কুম্মৈগী ৱানি।

## ঈশিংনা শঙ্গোম শেম্বা।

হৈবোং পাম্বীনা শেম্বা য়াম অঙ্গোঙ্গ পাম্বীগী য়াম, বট পাম্বীগী য়াম ২ পুন্না পাত্র ১দা ঈশিংদা তিংলবদি চানবা শঙ্গোমগুম ওইরকই।

*N.B.* মসিদা মতাং ১ লোইজরে। কনাগুম্বা মী অমনা মথকী মন্ত্র যন্ত্র শিং অসি চাংয়েংবিনিংলবদি মথক্তা হাজইগ্রিবা নিয়ম ব্রতনচিংবা কাইদনা য়েংবিয়ু। অদুগা ১না করিগুম্বা মন্ত্র শাধন ১ তৌগে খল্লবদি মুক অঙাংবনা অমুক শিনদোকপিরগা শান্নবিয়ু। নত্রবদি সিদ্ধ ম্বাংকনি। মরমদি প্রেসকী খুদোংচাদবনা মুক অঙাংবনা নম্বা ঙমজখিদ্রে খ্বাইনা ম্বারৌবিগনু।

-ঃ(০)ঃ-

*(মখা অসিদা লিলা নাটক মচা ৩ সু হাপচরি ঙহাক পোখাবা ওইনা পাবিযু নুংঙাইবিযু নোকপিযু। অইবগী দোষ ঙাকপিযু।)*

# *ড্রমা মচা (নাটক)*

## ষনথিবগা ঙাইথিবগা ওক্লবা।

মুনিন্দ্রো ঃ- ঙসিদি নুমিৎ ফনা থেংজিল্লক্কে। অদুবু ঐগী ষন লামচা মংগে খাগোকপা খাইশাগা, অমোম পিঙ্গলা চংবী য়োংমানবী অনি অদু ফনা ঙন্না থাদোকখিবনি। হৌজিক ফাওবা কারক্তে, কনাগী ইশ্খোল দা নাথৈখ্রবনো। মপুনা থেংনদুনা, শোইদে মখোয় চৈবুল চাবা। ঐ অসন্নাই ফাওবদং থিরুখিগে। -------

রুহিনী ঃ- হয়েংদি ইশ্খোল মতেক অমা লৈরিবসী ইঙ্খাং নাপী, মরোই মপাং খরা থাজিন্নবা, পেমচাগী মকুবোক ইঙাই চাওভন অদু খরা খোইদোকপিনবা অমুক্তা নেক্লুখিগে। ---- হোপেমচা পেমচা লৈত্রা? (কৌবা।-)

পেমচাগী
মচানুপী অঙাং ঃ - ইমা, ইমা ইবোক লাকয়ে, কৌরিয়ে।

পেমচা ঃ- হো লৈয়ে-লৈয়ে ইমা। নুমিৎ তারমদাইদা কদাইদা চংলুরিবনো? ঐখোয়দা সুম লাকপ্রা ? করি থবক লৈ।

রুহিনিঃ- ইবেম্মা ঐহাক তাদা অমুক্তা উনগে লাকপনি, তাদবু কদাই চৎথোকখি লৈতব্রা ?

পেমচাঃ- ইকুবোক্তি ময়েংবমগী খুড়া তোম্বগী মচা নুপী লতা লুহোংবগী ব্বা খন্নগনি হায়দুনা খুড়া তোম্বনা কৌদুনা মখোয়দা চৎখিবনি। পাক হল্লকখিরোই, কুইখিদ্রি। করিগী ব্বানো ঐঙোন্দা হায়রম্বা য়ারোইদ্রা? হায়রম্মু ঐ হোরেল অহল লাক্লগা তমগে।

রুহিনী ঃ- য়াই, য়াই নঙোন্দা হায়রল্লগে, নঙ খরা তম্মু।

পেমচা ঃ- অদুনা ফরনি, থেঙশ্ত্রগনি হল্লো অঙাং অদু মফম মরাং খঙলল্লরোই। থেঙশ্ত্রগনি চৎলো।

রুহিনী ঃ- অতৈ নত্তে, ইখোল মতেক অদু হয়েং তাদবু খর খোইদোকপিয়ু হায়গে ইঞ্চাং-মরোই মরাং খরা থাজিনগে তৌবনি। নত্রবদি লৈদুনা ঙাক চাবসি, ইমা ঙমদ্রে, নপুব্বা অঙাং ওইবনা থবক শু-নোম্বা ঙমদবনিনা ইমা ব্বাগদৌরি। থবক খুদিংমক মীঙোন্দা নেকচবা ঙাক্তা। নখোয়গা নক্করবসু খর ফগদবা খঙদ্রে, ইমানা তৌগদবসি লুপ্রে। মসিনা ওইরে লুখ্রা কপচেৎপি হায়নরিবসি।

মচা ঃ- করি করি থবক ইখাং ঙমদবদু হেক হেক হায়রকউ, নয়া নুপানা শুবা য়াবা শুহনসিদনা।

রুহিনী ঃ- অয়ুক নুংথিনগী থবক কুপনোমদা, ঙহাক লৈতনা হায়বসু হেক য়াদেদা। ইমা চৎলে, চৎলে, হোরেল তাদা লাক্লগা নঙ খরা হায়য়ু। য়ারবদি হয়েং খরা খোইদোকপিয়ু হায়রম্মী তম্মু।

পেমচা ঃ- য়ানিদা য়ানিদা হয়েং মরাইনা খোইজগনিদা চৎলো থেঙশ্ত্রগনি।

রুহিনী ঃ- ইবেম্মা ইমা চৎলে হায়, হয়েং শোইদনবা খরা হায়য়ু। লুপ্রেদা তৌগদবসি, লুপ্লানা য়ুম্বানবা! এঃ! তাদা মুনিন্দ্রো ওইরমাল্লে লাকইবা নুপা অসি মতাদুম চারে ব্বা অমত্তা হায়হৌখিগে।

মুনিন্দ্রো ঃ- ইবেম্মা রুহী ঐহাক ষন খর থাদোকখিবদগী কারক্তদুনা থিবা চৎলুবনি। করম তৌরি নহাকপু খর নুংঙাইহিরিব্রা ?

রুহিনী ঃ- কদাইদগী লুপ্রানা য়ুম্বানববু নুংঙাইগদ্রা তাদা।

মুনিন্দ্রো ঃ- চাব থকপদি থোইনা বাক্তেদনা, চাক ইঙ্খাংদি খরা মহাওরিদনা ফৌদি খরা মরৈরমগনি নঙবু।

রুহিনি ঃ- তাদা হাউনা চাবদি লাইরদনা নচন্দি চাক চাদবা কুইরে

মুনিন্দ্রো ঃ- চাক চাদ্রবদি করি চাদুনা লৈরিবা? নপাঙ্গন্দি কন্না উইদা।

রুহিনী ঃ- নচন্দি চেং খর-খর শাইদুনা ঈশিং খর থক্লগা ঙাক লেল্লেদা তাদা, শিবা য়াদবগী খাঙবা হায়দুনি।

মুনিন্দ্রো ঃ- এ! রুহিনী নঙনা চাক থোংদুনা চাদ্রগা চেং চারবদি মদুবু হাউব্রা ?

রুহিনী ঃ- তা মুনিন নচন্না চেং চারিবসি হাউদুনা চাবা ন ত্তেদা, তঙাই ফন্দবগী অরান্বা কোক্লবা চারিবনিনে তাইবুঙো! (নোকপা)

মুনিন্দ্রো ঃ- করিগী তঙাইফদ্রিবা ! থোংলগা, হাউনা চাবদি য়াদ্রা ?

রুহিনি ঃ- হো থোংলগা চাবদো হাউয়ে মদুদা . . . . . . . . ।

মুনিন্দ্রো ঃ- মদুদা করি তৌরবা কনানা থিংলিবা হায়য়ু, নবুংদা অথিংবা কনানো হায়য়ু নবুং থেংগাইনগেনে।

রুহিনী ঃ- হো তাইবুঙো ! কনাসু থিংবা নত্তেয়ে ! অদুদা চাক থোংনবা শীংখাইবিনিংঙাই লৈতবদগী নচন্না খাইবসু ঙমদা, শীং য়াওদ্রবদি চাক থোংবা য়াদেনে তাচৌবা ।

মুনিন্দ্রো ঃ- চুমইহে পেমা ! শীং য়াওদ্রবদি কদাইদগী মৈ হৌগনি চাক্তি শীংনা মৈ থারগা নত্রগা মতমগী গ্যাস শীজিন্নদুনা থোংগদবনি। রুহী নঙনা হায়বা চুমইদা ॥

রুহীনী ঃ- তাদা ! রুহী ঐসি লুপ্রাবীনি ! হিরম খুদিংদা অৱাৎপগী অৱাৎপা ঙাক্তা, ইচা পীকইদো ! ইনেম ইকু লৈত্রেদো। থবক খুদিংমক

মীঙোন্দা নেকপা ঙাক্তা, ইখোন্দা ইঙ্গ্রাং মনা মশিং খরা থাজে, শম্বন খাবিনিংঙাই লৈতদুনা, লৈকাইগী ষন চঙদুনা চারিবা। মদুদা কয়া খোইদৌ শাওগৎলি। মদুদা নত্তেদো, লৈকাইগী থৌদোক ব্রাখোক, দেব, কর্ম্ম লুহোংবনচিংবা কয়া চত্তবসু য়াদ, ব্রাখ্রেদা তাদা লুখ্রা পুন্সি মরেল্সি।

মুনিন্দ্রো ঃ- ইবেম্মা সংসার অসি মদু ঙাক্তনি, অয়াম্বনা নবুংখোইসু পাখ্রা ওইরবনিনা ওম্ফোক্লা পাখৎনা লৈখ্রবা জাৎনিদা। থবক খুদিং ইপাদা পাখৎনা তৌরবনিদা, মতম খুদিং ইমান্নবনা কুম্মৈ হরাও য়েংবা চৎসি, থবক অমত্তা চৎমিন্নরুসি হৌরকইদো চৎত্রে কদাই, চৎলে অহোবগী অহোবা ঙাক্তা, ইচানুপীসু শিল্লম খঙদ্রি। অব্রাৎপগী অব্রাৎপা ঙাক্তা ওইরিবনি পেমা।

রুহিনী ঃ- কুম্মৈ হরাও য়েংবা কোইবা চৎপদা তাদবু অথিংবা লৈবরনে।

মুনিন্দ্রো ঃ- অথিংবগী ব্রা নত্তেদা থবক নংদবগী ব্রানিদা। থবক চৎলমদাইদা হোরেলগী ঈশিং অমুক শোক্লম, শীং অমুক চল্লম কুপনোমদা ইমান্নবনদি ঙাইদুনা লৈ, ঐনা মদু নঙনবা পাখৎনা থবক তৌরিবনিদা। পাখৎনা থবক নোমই হায়দুনা খ্বাইনা পাখ্রা মিংথোল্লিবসি।

রুহিনি ঃ- তাদবু চাব-থকপগী মরমদদি খোইনা অব্রাবা লৈতেদনা খরদি হাউনা মচারমগনিদনা।

মুনিন্দ্রো ঃ- ইবেম্মা রুহী নবুংনা চারি থক্লিবসিদি হাউবদি লাইরদুনা ওম্ফোকপা মওংদা চারবনিদা। নুমিৎ খুদিং নবুংদি ফৌমান ব্রাইরুদা চাদুনা লেল্লবনিদা পেমা।

রুহিনী ঃ- এঃ! করিগী তাদনা ফৌমান ব্রাইরুঙাক চারিবদি। মদুবু ফজনা শেংনা খরা খৈরগা চাবা য়াদ্রা।

## ১ বা লিলা-মচা

মুনিন্দ্রো ঃ- হেন্না নঙসু চেংখৈবিনিংঙাই লৈরবদি কদাইদগী ফৌমান ব্বাইরু চাগদগে। ফৌদি শুজরগা চেং খৈবিনিংঙাই লৈতদুনা তৌরিবনিনে খঙদেদা ইবেন্মা রুহী নবুংদি পাখ্রানিনা থবক খুদিং মতম পুম্বদা ইপাদা পাখৎনা ঙাক লৈরবনিদা। অদুনা ওইরমাল্লে, খ্বাইনা পাখ্রা কৌবিরিবসি।

রুহিনী ঃ- করিগীনো! তাদনা অদুক পাখৎলিবদুবো ; খর ঈংনা তগ্না হোৎনবা য়াদব্রা?

মুনিন্দ্রো ঃ- ইবেন্মা, নবুংনা পাখৎলিবসি অতৈগী নত্তে। থবক নঙননবা থবক ক্লুপনোমদা পাখৎলিবনিনে।

রুহিনী ঃ- চুমইদা তাদা ! নচনসু অদুমঙাই থবক খুদিং খল্লুবদা অরুবগী অরুবা ঙাক্তা হিখোন্দা হব্রাই মনা মশিং খরা থাজে। শম্বন্দি খাবিদুনা ঙাক শেন্নবা মীদি লৈজদ লৈকাইগী ষন চংদুনা খর চা, মীনা খর হুবি শাউরে মীনা উশিৎপিদেদো, মদু খল্লুবদা গতিদি লৈজদা মতম খুদিং লু-লুক্তুনা খনবদা ব্রাখল সমুদ্রদা তারবনি। মসিনা ওইরে ব্রাখল লুনা খনবমখৈ খল্লি হায়দুনা খ্বাইনা লুখ্রা কৌনরিবসি।

মুনিন্দ্রো ঃ- চুমইদা পেমা ! নবুংসু মতম খুদিং থবক-শু-নোম্বদা পাখৎনা হোৎনবসিনা ওইবতাই, খ্বাইনা "পাখ্রা" কৌনরিবসি।

রুহিনী ঃ- খঙদেদা তাদা ! তাইবং অসিদা লুখ্রা পাখ্রা ওইবা ঐখোয়না পানগদবা য়ুম্বান অসিদি ফনদি লুরি।

মুনিন্দ্রো ঃ- ঙাইখো-রুহিনী নবুং ব্বা অমা হায়গেদো।

রুহিনী ঃ- করি ব্বা নচন্দা তাকপিগদবা লৈবগে হায়বিয়ু ।

মুনিন্দ্রো ঃ- হেন্না অতৈ নত্তেদা নঙনা শীং খাইবিনিংঙাই লৈতদুনা চাকথোংদনা চেংগং চায় হায়বদু নবুং তাবদা য়াম্না নুংঙাইজদ্রে। অদুনা নঙগী

শীং অদু ঐনা হেক খাইবিরবদি চাক চারেদনা। মদু ঙসিদগী নঙগী শীংখাইবা মী অদু ঐ ওইরগে য়াররা ?

রুহিনি ঃ- অদুবুদি তাদনা ফৌমান-ৱাইরু চায়, চেং খৈবিনিংঙাই লৈতে তাকপিবদু, ঙসিদগী নচন্না চেং খৈবা মীশক অদু হেক ওইদুনা নুতিগী চেং খৈরগা লোইরেদনা, ঐ চেং খৈবা মী ওইজরগে।

মুনিন্দ্রো ঃ- ফরেনে, মদুম তৌরবদি ঐখোয় ২ গী অৱাংপা, অৱাবা খক লৈররোইকো ! ইরৈবাক ইজাতিশা-লৈকাই ৱাথোক ওইদনবা পাম্ব্রা-লুপ্রা লৈহল্লরোইসি খ্বাই চংদুনা।

জয় ইমা লৈবাক ।

১নবা লিলা -মতাং অসিদা লোইজরে। মখা ২ শুবা লিলা অমুক মীৎয়েংতানা পাবিরো।

-ঃ০ঃ-

## ২শুবা লিলা-মচা।

# “অপংবগী মরল অশিংবনা চাবা”

### গোপাল ভাড়া।

(নোংমা দিল্লীদা পানবা, মুসনমানগী নিংথৌ-নবাব অমনা মথন্তা খঙ্খি।)

নবাব ঃ- ঐনা ভারত বর্ষগী হিন্দু রাজ্যশিংগী মথক্তা নবাব, নিংথৌরেল ওইরি। মসিদা থাইনগী হিন্দু রাজ্যগী মতিক মগুনগী ঝারী লাইরিক য়ান্না চংনরি, শোন্নরি ‘রামায়ন-মহাভারত’ হায়দুনা। অদুনা ঐগীসু ইতিক ইগুনগী মরমদা মহাভারত অমত্তা, ইখা থাবা হিন্দু নিংথৌদা ইরক্লবা, বেঙ্গলগী নিংথৌ কৃষ্ণ চন্দ্রদা হুকুম তৌগে, মদুদা মহাক্রা ঐগী হুকুম (য়াথং) ইন্দ্রগা মথক্তা অকনবা চৈরাক (দন্দি) হেকপীরগা লোইরে। কনা লৈ মীনাইশিং।

মনাই ১ ঃ- জাঁহাপনা, ননাই লৈজে, হুজুর, করি হুকুম।

নবাব ঃ- ঐগোন্দা চে, কলম পুরকউ। বেঙ্গল রাজদা ঐ চিঠি অমা ইগে।

মদু নহাক খর কৃষ্ণ চন্দ্র রাজদা পীরু।

মনাই ঃ- ফগনি হুজুর।

নবাব ঃ- কৃষ্ণচন্দ্র নিংথৌ, নঙোন্দা ঐনা হায়খিবনি। মদুদি নখোয় হিন্দু ধর্ম্মগী ওইবা "মহাভারত" হায়বা লাইরিক অচৌবা ১ লৈ অদুগুমবা মুসলমানশিংগী মরক্তসু চৎনবা য়াবা লাইরিক অমা নবাব ঐগী মরমদা ওইবা নখোয়গী য়ুধিষ্টিরগুম্বা ইতিক ইগুন হাগুনা ১ ইরক্তবা য়াদে। নখোয়গী মহাভারত্তি কবি কয়ানা মানা মানা থোকপা কল্পনা অনিংবা মওং অদু ইনরি। অদুনা নবাব ঐগীসু ইতিক ইগুন হাগুনা ভারত ১ ইরক্তবা য়াদে। মসিদা নিংথৌ নহাক্না থৌশাদ্রবদি মতুংদা নহাকী অফবা ওইরোই। দণ্ডি ফংজনি। মুর্শিদাবাদ নবাব। সে ! দুত নঙ খর পিরু।

মনাই ঃ- হুজুর ননাই চচ্চরগে ! (মনাই চিঠি পুদুনা বেঙ্গল তান্না চৎলগা কৃষ্ণচন্দ্রগী কোনুংদা চংখিরম্মী)

কৃষ্ণচন্দ্র ঃ- নবাব সাহেবকী করি পাও পুরকই দুত নহাক।

দুত ঃ- মহারাজ, নবাব সাহেবনা চিঠি ১ পিরকই, লৌশিনবিয়ু সে।

কৃষ্ণচন্দ্র ঃ- করিগী মরমদনো ! নহাক খঙব্রা ?

দুত ঃ- মহারাজ খঙজদে, পাবিরগা খঙবিরগনি হুঞ্জব্রগে।

কৃষ্ণচন্দ্র ঃ- ফরে হল্লো হল্লো ।করি করি খরা চা থকখো।

দুত ঃ- সলামা, রাজ ! ঐ চচ্চরগে।

কৃষ্ণচন্দ্র ঃ- চিঠি পায় এঃ ! নবাবকী চিঠি মরোলসিদি, নিংথৌ ঐগী করি উপায় লৈগনি। ঐদি মহাভারত্তি থোইনা খঙদে। মদুদা অকনবা হুকুম পিরকইদা ঐঙোন্দা। হুকুম ইন্দ্রে ইথক থোঙবনিনা অকনবা দণ্ডি পিরক্কনি ! ঐ করি উপাই লৈরী।

(নিংথৌ মনাই গোপাল ভাড়া কৌবা শিংখ্রবা ১ লৈ।)

গোপাল ঃ- করিনো ইনিংথৌ, ঙসি শ্রীযুৎকী মাইথোং মকশিন্না য়াম্না নুংঙাইতনা লৈবা মওং ওইরম্লিবসিবো।

কৃষ্ণচন্দ্র ঃ- গোপাল ভাড়া! হন্দক নিংথৌ ঐহাক মুর্শিদাবাদকী নবাবতগী অকনবা দণ্ডি ফংগদৌরিব্রা খঙদ্রে।

গোপালভাড়াঃ- (ঙক্লা) এ! মরম করিদগী ইনিংথৌ।

নিংথৌ ঃ- নবাব সাহেবনা চিঠি ১ পিরকইবনি।

গোপাল ঃ- নবাবকী চিঠি অদুদা করি হায়রকইবা।

নিংথৌ ঃ- হেরা, অতৈ নত্তেদা, নবাব সাহেবগী মরমদা ওইবা মহাভারত অমা ইরগা পিরকউ নত্রবদি .........।

গোপাল ঃ- নত্রবদি করি তৌগনি হায়রকইবনো ?

নিংথৌ ঃ- করি ওইনি, ইথক থোংবনিনা মাগী ব্রা ইন্দ্রগা দণ্ডি পিগনি অসিনিদনা অচৌবা অকনবগী হৌনবা।

গোপাল ঃ- হেরা অদুগীবু শ্রীযুৎনা অদুক য়াম্না ব্রাবিবা হৌনদেদা। ননাই গোপাল লৈরি কাউবিরব্রা।

নিংথৌ ঃ- গোপাল ভাড়া, নঙবু নবাবকী মরমদা ওইবা মহাভারত অসিবু ইবা ঙমগদ্রনে ?

গোপাল ঃ- ইনিংথৌ মদুদি লাইথ্রবা পোৎনি। ননাই গোপাল নবাবকী ভারত মুন্না খঙই। শোইদনা ইজগে।

নিংথৌ ঃ- শোইদ্রেকো গোপাল।

গোপাল ঃ- অদুবু শ্রীযুৎনা নবাবতা ব্রা অমত্তদি হায়বিখো।

নিংথৌ ঃ- করি হায়খোগে হায়খিগেনে।

গোপাল ঃ- অতৈ নত্তেদা, লাইরিক অচৌবা অদু ইবা তারবদি মতম য়াম্না চংগনি। শেল য়াম্না চংগনি। অদুনা নবাবতা লাইরিক অদু ইবা

হৌনবা চে, লৈনবা লুপা ৪,০০০/৫,০০০ (লিশিং৪/৫ রোমদং) হান্না পিবিরকখো হায়বিখো।

নিংথৌ ঃ- অদুবুদি পীফম থোকপনিনা হায়খ্রগা অদুম পিরক্কনিদা।

গোপাল ঃ- ফরে ইনিংথৌ দুত থাবিখ্রো, পৈশা লৌবা ননাই নবাবকী মহা ভারত ইনবা থৌরাং লৈজরে।

নিংথৌ ঃ- নুংঙাইরেদা, হন্দক অশিংবা মন্ত্রি গোপান ভাড়া লৈরমদুনা নিংথৌঐগী অৱাবা কোক্লগনিদো।

গোপাল ঃ- শ্রীযুৎ ইবুঙো, ননাই যুম কুমজরগে খর খুৎলৈ থুনা পৈশা অদু ফংনবা শিনবিখ্রো।

নিংথৌ ঃ- কন্না লৈ দুত ।

দুত ঃ- আজ্ঞা ! ননাই চচ্চ রগে ! শগোল অয়াংবা অমত্তদি পিনবিয়ু।

নিংথৌ ঃ- অপাম্বা শগোল খল্লগা পুজখো, থীল্লগনু চৎলো ।।

(দুত শগোল থৌদুনা চৎখিবা)

নবাব ঃ- কৃষ্ণচন্দ্র রাজগী মনাই শগোল তোংবা ১ লাকই হায়বদু ইনাক্তা পুশিল্লকউ।

দুত ঃ- হুজুর সলাম।

নাবাব ঃ- নবুঙোনা করি হায়রকই।

দুত ঃ- জাঁহাপনা চিঠি ১ নবাব শাবেহ্‌তা পিরু লাকচবনি।

নবাব ঃ- কদাই, কদাই চিঠি অদু পিরকউ।

দুত ঃ- লৌশিনবিসি হুজুর ।

নবাব ঃ- (চিঠি পাবা) সবস ! চিঠি মরোল খঙলে, ঐনা নিংবা থুংবা তারে। কন্না লৈ।

মনাই ঃ- ননাই ঐ লৈজে হুজুর ।

নবাব ঃ- হাই ঐগী লনগৈদগী লুপা ৫,০০০ (লিশিং মঙা) দা কৃষ্ণচন্দ্রগী পাওমী অসিদা পিবিখো। অদুগা দুত নবুঙোদা খর চংখোন্না

ইহল্লকউ হায়যুকো ! চৎলো, চৎলো। (দুত চৎখিবা)

দুত ঃ- শ্রীযুৎ ইবুঙো ! ননাইদা নবাব সাহেবনা লুপা ৫,০০০ (লিশিং মঙা) পিবিরকই। ইনিংথৌদা পিযু হায়না মসি করি তৌনবনো ?

নিংথৌ ঃ- লুপা পিরকপ্রা ? মদু মন্ত্রি গোপাল ভাড়াদা পিননবনি। মরমদি মন্ত্রিনা নবাবকী মরমদা মহাভারত ১ ইগদৌরি মদুগী চে লৈনবা খরচনি। সে, সে গোপাল ভাড়া নবাবনা পিরকপা লুপা অসি লৌশিল্লো। অদুগা থবক অদু দি খর ফজনা হোৎনরগা ইখোকো। নবাবনা পেল্লবদি লুপা কয়ামুক পিরকখিবা য়ারি।

গোপাল ঃ- আজ্ঞা ননাই শোইদনবা হোৎনজগে, চিংনবিগনু। যুম হঞ্জখ্রগে খুরুমজরি জয়-জয়।

গোপালগী
নুপী ঃ- মাইপাবুং ঙসিদি সনা কোনুংদগী হল্লকপদা মাইথোং মকা লাম্ন কইকো ! করম্বা হরাও নুংঙাই পাও ফংবিরকপগে ? ইনিংথৌনা করি তাকপিরকপা ননাই নুপীদসু খরা তশ্বীদুনা ননাওসু হরাও-নুংঙাই শরুক য়াজগে।।

গোপাল ঃ- মমা ! হন্দক্তি সনা, লুপা খাও খুদি থিগদৌরিবনি হাই। অপংবগী মরল খরা অশিংবা ঐখোয়না চাবা তারি। ফংবু ফংজৌ হায়বদি, ঙসি কোনুং চৎলুবদা লুপা ৫,০০০ (লিশিং মঙা) খুদি থিরিনি, মমা নঙবু হাঃ হাঃ হাঃ (নোকপা)

নুপী ঃ- এঃ এঃ ! ঐখোয় মপাগী মংদ্রং অসিদি নুংঙাইথ্রবা জাৎনিদনা। শেল অদু তশেংনা ফংলক্লবদি হন্দক ঐগী সনা খরদি শাবিহৌদবা য়াদেকো। মন্ত্রিগী নুপীনি, লোয়নবীনি হায়রগা সনা শিদবা অসি ঐ ইকাইজরবনি। (নোকপা)

গোপাল ঃ- মমা নঙগীসিদি ষন্নাও পোত্ত্রিঙৈদা হৌদোং হান্না হাৎকদৌরেনে।

শেল ফংবদা ঙাইহ্রি, কোন্না খন্নসিদনা পেমা।

নুপী ঃ- হৌজিক হান্না ৱামাং য়াঞ্জহৌদ্রবদি, তুংদা খদ্রক অমুক তৌরক্কদ্রা খঞ্জরিবা।

গোপাল ঃ- সোইহ্রোইদা, লাইখুরুম্মু। ননাদু ষনগী ষন্নাও খরদি পুনবিরনিদা হন্দক্তি। (অনি হরাওমিন্নবা নোকপা)

নবাব ঃ- কৃষ্ণচন্দ্র রাজদুবু, ঐগী মহাভারত অদুবু ইবা লোইহ্বিদ্রব্রা ? কুইহ্রেদা, পাও ১ হংহল্লুগে ঙসি।

কৃষ্ণচন্দ্রা ঃ- গোপাল ভাড়া! নবাব সাহেবকী মহাভারত অদুবু ইবা লোইহ্গদবা কয়াম ৱাৎলিবগে হাঃ ।

গোপাল ঃ- শ্রীযুৎ ইবুঙো! লোইহ্দৌরে । অদুবু চে খর-ৱাৎলে মদু লৈনবা লুপা ১,০০০ (লিশিং অমা) অমদগা পিবরিকউ হায়বিখো।

কৃষ্ণচন্দ্র ঃ- দুত ! নবাব সাহেবদা চে খরা ৱাত্তুনা লৈরে। লুপা ১,০০০ অমত্তগা পিবিরকউ হায়রু চৎলু।

দুত ঃ- হুজুর সলাম ।

নবাব ঃ- করি হায়রকই নবুঙোনা তম্মু ।

দুত ঃ- হুজুর, মহাভারত অদু ইবা লোইহ্গদবা খরদা ঙাইহ্রে। অদুদা চে খরা ৱাৎপদগী পন্দুনা লৈরবনি। চে লৈনবা লুপা ১,০০০ (লিশিং ১) অমত্তগা পিবিরকউ হায়জরকই।

নবাব ঃ- ঙাল অদুদি নহাক থিন্দনা হনখ্রো। সে ! লুপা ১,০০০ অসি পুখ্রো অদুগা নবুঙোদা হায়য়ু। খর খুলৈ য়াংনা ইরগা য়ৌহল্লকউ। খৌরাংনা ঙাইহ্রি তম্মু। চৎলো চৎলো।

দুত ঃ- মহারাজ! নবাব সাহেবনা লুপা ১,০০০ (লিশিং ১) পিরকই, অদুগা খর-থুনা পামই হায়রকই।

নিংথৌ ঃ- গোপাল ভাড়া নঙগী লুপা ১,০০০ হায়বদু পিরক্লেসে, পুখ্রো।

খুৎই ফজনা ইখোকো, নবাবনা থুনা পামই হায়রকই।

গোপাল ঃ- মহারাজ ! কুইজররোই, ননাই ঐ লোইবগা ঙসি নিনি, হৃমনিগী মনুংদা থিঞ্জরুয়গে বাবিরুরনু।

নিংথৌ ঃ- যৈ যৈ খর ফজনা নবাবনা হ্রাওজনবা ইবিখোকো।

গোপাল ঃ- য়েংউ নহায় ! মমা ! ঐগী হৃন্দক মুর্শিদাবাদকী কোনুংদগী ঐখোয় ইনিংথৌনা ঈরম মচা ১ য়াম্বুরক্লুনা চেম্বুরকপা ইরম মচা ১দা থুম্বা লুসি অপংবগী মরন খরসু চংলক্লেনেসে। অতে খরসু চংলকপা য়ারি, সে থমজিল্লুসে।

নুপী ঃ- নুংঙাইজরেদা, ঙসিদি ঙাদুম অচৌবা ১ লৈরগা ইচাশিংসি পিজগে। মন্ত্রিগী নুপী ওইবগা হায়বসি নুংঙাইখ্রজাৎনিকো। মসিমক্লা ওইরেকো। মন্ত্রি ওইরমদাইদা পৈশা তিংবা কিন্দ্রিবসি। পৈশাসি মখোং-থোংনা জোর-জোর হেক্তা চংলকপা।

গোপাল ঃ- করিনো মমা নঙনা হায়রিবদুবো।

নুপী ঃ- করিসু নত্তেদা মন্ত্রিগী মনাই নুপী ওইবসি নুংঙাই হায়জবনিদা। অদুগা ইবুঙো মন্ত্রিদা ! চেথি চেকুম ময়াম অমা বোরাদা হান্দুনা মচিন তুরিবসিনা করি থবক কান্ননবা পাংথোকপিগদৌরিবনো ?

গোপাল ঃ- মসিনি নহাই, ঐনা ফংলিবা শেলফম অদু লুপা লিশিং ৫ / ৬ তি শুরেদনা। মসি মুর্শিদাবাদকী নবাব সাহেবতা য়োল্লুদৌরিবানিনে মসিগী মমলনে খঙউ অপংবী মন্ত্রিগী নুপীনি হায়রগা জ্ঞান লৈখিদ্রেদা মমা নঙসে।

নুপী ঃ- (পাখৎনা) মাঙলে, মাঙলে ইবুঙো মন্ত্রি। নবাবনা খঙলবদি থব্রাই মাঙলগনি। করিনো তৌবিরিবসিবো । মদুম তৌরবদি ননাই নুপীদি মাঙজরেদো মাই পাবুং।

গোপাল ঃ- কদাইদগী থব্রাই মাঙবা, অমুক পিরক্লদবা শেনফম ব্রাৎলি।

নুংশাথিরুনু। চৎলো-নখৌদুম তৌজরয়ো।

কৃষ্ণচন্দ্রা ঃ- গোপাল ভাড়া নঙবু নবাবকী মহাভারত অদুবু ইবা লোইশিল্লব্রা ?

গোপাল ঃ- লোইজরে ইনিংথৌ হয়েংদি থিনবিগ্রনি। শগোল গাড়ীদা হাপ্লগা।

কৃষ্ণ ঃ- ফরে, ফরে গোপাল ভাড়া হন্দক নহাক লৈরম্বদগী নিংথৌ ঐগী অৱাবা তাগদবদগী কল্লে। নুংঙাইরে , নঙগী তৌবিমনগী মনা ঐনা পিখিনি। অদুগা নবাবতা ঐনা সলাম কচ্চরকই তম্মু। অমনা নঙগী হৈ শিংবা অদু উবদা নবাবনা বক্সিসসু পিজরক্কনিদা।

(গোপাল ভাড়ানা শগোল গাড়ীদা চে বোরা ময়াম হাপ্লগা শগোল থৌদুনা চৎখিবা, গাড়ী মখোল ক্রোদোক , ক্রোদোক- - - - ।)

গোপাল ঃ- হুজুর সলাম ! য়েংবিয়ু, নবাব সাহেবকী মহাভারত ইবা লোইজরক্লে। অদুবু ৱাহৈ ৪/৫ দংদদি ইগদবা ৱাংলি। মদুদি নবাব সাহেবতা হংদ্রবদি ঐনা হেক ইশিনবা য়াদ্রদুনা খাকচরিবনি। মদু খক্তং নবাবনা তাকপিয়ু।

নবাব ঃ- সবস, নুংঙাইরেদা, মন্ত্রিজি ! করি ৱাহৈনো ঐনা হায়গদবা অদু তাকউ হায়রগে ।

গোপাল ঃ- অতৈ থোইনা লুববুদি নত্তেদা হুজুর। ঐখোয় হিন্দুগী মহাভারত্তি পঞ্চাল নিংথৌগী মচানুপী দ্রোপতিনা মপুরোইবা ৫ গী সেবা তৌই। অদুদা নবাবকী বেগম মালিকা অলি সুরয়াগী মপুরোইবশিং অদু অমদি নবাব লৈরে অৱাংপা ৪ অদুগী মমিংশিং অদু ইগদবতা ঙাইরে, মদু হেক ইরগা নবাবকী মহাভারত মপুং ফানা লোইজরে। মখোয় অদুগী মমিং অমুক্তা হায়বিয়ু , জাহাঁপনা।

নবাব ঃ- তোবা, তোবা, ঐ মাহাভারত অদু পামজদ্রে। মন্ত্রি নহাক পুরগা হনখ্রো। ঈশিংদা থাদখ্রো।

গোপাল ঃ- জাহাঁপনা লৌবিরোইদবতা ঐদি ৱানা মতম মাঙনা হোৎনজরুরেদা।

মতুং অমুক হায়বিরক্লগনু । ঐগী অৱামন বক্সিস লুপা ২,০০০ (লিশিং ২) দদি পিবিয়ু হুজুর ! ঐ ৱানা ইজরুইদা কান্নদবদা ।

নবাব ঃ- মদুদা কনাগীসু অমাঙবা ওইরোই। নঙগী অৱামন বক্সিস লুপা ২,০০০ হায়বদুদি লৌজখোসে। চৎলো মীঙোন্দা অমুক হায়রুরনু মস্ত্রিজি ।

গোপাল

নুপী ঃ- মাই পাবুং মাইথোং মকা ফল্লকইকো, মুর্শিদাবাদতগী হল্লকপদা , নবাবকী বক্সিস কয়া ফংবিরক্লবগে?

গোপাল ঃ- মমা মসিনি অপংবগী মরল অশিংবনা চাবা বায়বদু। সে লুপা ২,০০০ নি নঙ লৌজরো, ঙা আহাওবা অমত্তদি চাসিহাই।

নুপী ঃ- অহাইয়ো নুংঙাইজরেদা ! হন্দক্তি নাথাং হাপহৌরগে ।।

২শুবা লিলা লোইজরে।

মখা ৩শুবা লিলা অমুক মিংয়েং তাবিরো ।

-ঃ০ঃ-

### ৩ শুবা লিলা মচা।

## মপু থিবা ।

### সনা লুপা ২ মারী শান্নবা ।

সনা ঃ- ইনাও চান্দি ! ঙসিসি ঐখোয় অনি অরুবা বা অমা খন্নদবা য়াদ্রে।

লুপা ঃ- ইচেম্মা সনাজাওবী, করিগী মরমদা মিট্রিং পাংথোকসি হায়বগে প্রস্তাব অদু তৌরকউদনা ?

সনা ঃ- অতৈ নত্তেদা ঐখোয় অনি অরিকপা চাউভনগী য়োংকী শরংদা তোঙন-তোঙান বাক্সি ১ / ১ দা নমশিল্লগা সো লোন্দুনা থম্বসিবু ইনাও ইবেম্মা লুপা হাইবী নঙবু নুংঙাইরিব্রা ?

লুপা ঃ- ইচেম্মা ; অদুগী হায়রুরবদি ঐদি কুইরে মসিদা লৈনিংদবসি, চাউভনগী মপা ইনাকখুনবনা হেক শিখিবা নুমিৎ অদুদগী চৎনিংলবনি। অদুদা মচানুপা অসিনা ইখোঙ ইখুৎ পুল্লগা কৈশুমশঙদা থম্বগুম বাক্সি শো লোন্দুনা য়োংকী উপুনুংদা নমশিন্দুনা থম্বসিদা উপায় লৈতদুনা খাঙলিবনিনে ।

সনা ঃ- মদুনি, ঐনা য়াম্নমক নুংঙাইজদ্রিবসি। ইনিং তম্না তাইবংসিদা খোঙদানিংবনি। য়ুমথোঙ খুদিং চঙদুনা লৈবাক্কী সেবা পামজবনি।

খোঙদানিংবনি। য়ুমথোঙ খুদিং চঙদুনা লৈবাক্কী সেবা পামজবনি। অদুদি নত্তনা চাউভনগী অরেবা মনাইগুম ফাজিন পুলিন্দুনা থম্বসি কুইরে। নিঙবা কায়রবনি সানাজাওবী ঐ।

লুপা ঃ- সনা, লুপা ঐখোয় ২ বু মানা মপাঙ্গল মরৌশিংনা তান্দুনা ফংবসু নত্তে, মপা ইবুঙো, ইনাকখুনবনা তাল্লম্বা মরন্নি। মচা চাউভনগী হুমাংমন অমত্তা য়াওদে অদুনা ঐখোয়বু মানা মনিং তম্না শিজিন্নবসু ঙমদে।

সনাঃ- হোইনে মাগী মপোৎ মরল নত্তবনিনা মানা ঐখোয়বু শিজিন্নদ্রিবনি। অদুনদি সনাজাওবী ঐনা ইনাও ইবেম্মা লুপাজাওবীদা হায়নিংবদি চাউভন অসি শিদ্রবদি ঐখোয় ইনিং তম্বা ফংলরোই অতোপ্পগী সেবা ফংলরোই মরুপ শঙ্গ অতোপ্পা লৈররোই। অদুনা মহাক অসি হাত্তোক্লম্লসি অদুগা ঐখোয় অতোপ্পা মফম ঐখোয়বু মনিং তম্না শিজিন্নবা ঙমগদবা ১ দা অমুক চৎসি হায়গে তৌবনি ইনাও।

লুপা ঃ- অদুবু লুরিবদি মহাকপু করম্না হাৎলমসিগে লৌশিং চাউবী ইচেমনি, মওং অদু হায়রকউদনা ঐঙোন্দা।

সনা ঃ- হেরা ইনাও ! মদুগীবুদি য়াম্না লাইখ্রবা পাম্বে লৈদা।

লুপা ঃ- হো লৈরবদি ফোংদোরকউদনা ঐখোয় খন্নসি মদু।

সনা ঃ- অদুগীবুদি সনা, লুপা ঐখোয়গীসু শক্তি ১দি লৈরিদনা, অদুনা খুৎলাই পায়বা লুট পাৎ তৌবা থবক শুদনা মীগী মরল পাম্বা নিশা চাবা মীনুংশি য়াওদবা মী খরগী মপুক্লিংদা ঐখোয় ২ চঙদুনা হেক ইনশিন্দুনা মিহৌহল্লগা লোইরেদনা। মখোয়না মাবু মরাইনা হাত্তোকচনি।

লুপা ঃ- মহাক শিরগা ঐখোয় করম্না ইনিং তমদৌরিবা !!

সনা ঃ- হেরা নঙসু পংমনগ্রে। মহাক হাৎলমলগা ডাকুশিং অদুনা ঐখোয়বু

শো লোন্দুনা থল্লীবা য়োৎকী উপু অসিদগী ইনিং তম্না থাদোকপিররনি। মতুং অদুদগী ঐখোয় চৎনিংবা মফমদা চৎপা য়াররনি, ইনিং তৌরনিদনা শখি।

লুপা ঃ- ফরেনে ইচেমা সনা ! নঙগী প্রস্তাব ঐসু য়ারে থবক অদুপাংথোক্ল বা হোৎনরসি।

সনা ঃ- ইনাও লুপাজাওবী, থবক অদু হেক তফিংতফিং পাংথোকপ য়াদ্রি। চাউভন অসি মতম কুইনা ঐখোয় ২ বু ঙাক শেন্দুনা ঐখোয়গী বোডিগার্ড ওইনা লৈজরক্লবনি। অহিং তুমদনা ঐখোয়বু শেন্নরিবা মীশক অমনি । মাগী ব্বাখনসু খরা য়েংখিসি। তান চারবদি ঐখোয় ২না ঙাংনরিবসি মহাক তুমদনা, তারম্বসু য়ারিবা জাৎনি। মখা তারনুসি।

চাউভন ঃ- (ফিংনা)চাউবী চাউবী ! হায় নঙবু মিকপ থোক্লিব্রা ? হৌজিক ঐখোয়গী লুখুমদগী য়োৎকী উপু মনুংদা , সনা, লুপা অনিনা ঙাংনখিবা ব্বাশিংদু নঙ তাহৌব্রা ?

চাউবী ঃ- ঐদি কন্না তুমথরুরে । সনা, লুপানা করি হায়নখিবা।

চাউভন ঃ- হায় পেমা ! ঐখোয়সি মখোয়গী মপু নত্তে লৈনিংদ্রে, চৎলসি ঙাংনবা ঐনা মঙ ওই-হাওই তারিবনিনে।

চাউবী ঃ- ঐনা নুমিৎ খুদিং ধুপ-থাওমৈ থাদুনা পুজা কচ্চরি। মসিদা মখোয়না পেন্দদুনা, লৈনিংদ্রে চৎখ্রবদা ঐখোয়না করি তৌরুনি। থিংবা ঙম্বা পাঙ্গল লৈতে ঐখোয়গী ।

চাউভন ঃ- অদুদা চুম্না চৎখ্রবদি ফৈদো। অদু নত্তনা ঐখোয়বু হাৎলমগদৌরিবনিনে পেমা ।

চাউবী ঃ- হোই মদুদি লুইকো, ব্বাখন তৌহৌসি, ঐখোয় শিদবা য়াবা পাম্বে অমা ইবুঙোনা খনবীয়ু ! ননাওদি শিনিংদ্রিবো ।

চাউভন ঃ- ফরে হৌজিক নোংসু ঙাল্লে। মখোয়না লৈনিংবা মপু অদু কনানো, খণ্ডনবা উপায় ১ তৌরগে।

চাউবী ঃ- ইবুঙোনা করি উপায়নো থিবিদৌরিবা ?

চাউভন ঃ- সে ! ঐখোয়গী ব্রা অচৌবা মরিবোব হৌরিবসিদগী খর ফজবা ১ য়াল্লগা ফুট ৬ লোম শাংনা ফজনা হোরাইনা ককথৎলগা মতাং মনুং অদু কোৎথোক্লগে, নাকল ১ না মতাং খাওহল্লগা মনুংদা সনা লুপাশিং অসি হাজিল্লগা নাকন ১ না মীনা পাক খণ্ডদনবা মনুংদা ঈশিংসু চংদনবা মেল্লগে।

চাউবী ঃ- অদুগা মপু অদু ইবুঙোনা করম মশক খণ্ডগদদৌরিবা ?

চাউভন ঃ- হেঃ অদুদি ঐখোয়গী ইনাক্তা চেল্লিবা তুরেল অসিদা থাদরগা ঐনা তুরেল মপাল লম্বী অসিদা ব্রা অদুনা তাওদুনা চৎপা অদু অসুম য়েংদুনা চংকদৌরিবনি। শেনবু মশক খণ্ডনবা কনানা করম তৌনা ফংখিবগে হায়বদু য়ৌগদৌরিবনি।

চাউবী ঃ- খণ্ডদ্রেদা ইবুঙো তৌদৌরিবা থবক অদু ননাই নুপীদি ইঙকপু ঙক্লেদা। ইবুঙোনা অনিংবা অদু অদুম পাংথোক পিরো ঐ য়েৎচররোই।

চাউভন ঃ- (তুরেন্দা ব্রা থাদবা) ব্রা অসি তুরেন ঈচেনসিদা তাওথরিবসি ফনা কুইরে। লৈকাই ১/২ লাল্লে, অদুবু মপু লৈত্রিমাল্লে, অসুম তাওথরি লেপ্তনা। এঃ ! তুরেল ব্রাংমদা শাবা ইরুনবা থোংখরাদা পন্দুনা লৈস্ত্রে। মপু লৈরমাল্লে ঐ য়েংখিগে।

মধু ঃ- ঐ শাপমগী অস্তি ঙহাক চৎলুখিগে, ঈরুজরুগে। ও ! ঐনা নহান্দগী কুইনা থিরক্লবা পোপুব্রাদি ঙসি ইরাই লাইনা থোঙগ্রাদা পন্দুনা লৈরমলেদনা, নুংঙাইরেদা। মসি ইবাই মঙ্গোন্দা পোপু খরা শেম্বীয়ু পিরুরগে। মাদি মখুৎ হৈবা উশুবনিনা ঙহাক্তদা হুৎচনি।

মঙ্গোল ঃ- ইশেল মধু ! করিগীনো ! হাকক্ অচৌবা ১ পুদুনা তফিং তফিং লাক্লিবদি, ফজেহাই কদাইদগীনো ?

মধু ঃ- হে ইবাই ! ঐনা ইবাইদা পোপু ১ তা শেম্বীয়ু হায়বদা হা লৈতে হায়বদু ঙসি ঐনা ইরুবা কুম্বদা তুরেন্দা তাওথরক্লুনা থোঙগ্রাদা পল্লমলিবনিনে। লাইনা তম্বনি, খর হৃৎপিয়ু ইবাই।

মঙ্গোল ঃ- হোই, হোই থনম্মু ইবাই হোরেন নুংথিল শেম্বীগে।

মধু ঃ- ইবাই ঐ চৎলে, খর ফজনা শেম্বীউ। নশেল অহামন কৎলক্কনি।

মঙ্গোল ঃ- হেরা পোৎপু ১ সেম্বু কয়া লৌনেগেনে, শেম্বীগেদা ।

চাউভন ঃ- এঃ! শেল য়াওবা হা অসি নুপা ১না পুরগা য়ুম ১দা চংখ্রে। মহাক অসি মশক মমিংদদি খঙখিগে, অদুগা শেনগী হাসু তাক্লমগে। ময়াম হিলানবসিদা ঐসু য়াওহৌরগে।

মঙ্গোল ঃ- কনানো ! নুপা ১ চংলক্লিবসিনা। ইবুঙো করি থবক লৈবগে ?

চাউভন ঃ- খুরাবু নচা করিগুম্বা অমত্তং হায়জনিংদুনা চঙজরকপনি।

মঙ্গোন ঃ- করি হায়নিংবা হায়য়ু, করি করি শেম শাগদবা লৈবগে ইচাগী ।

চাউভন ঃ- পোৎ শেম শাবগী হা নচচদে। মসিদা লৈরিবা হা অসিগী মরমদা করিগুম্বা অমত্তা হায়জরমগে চংজরকপনি।

মঙ্গোল ঃ- হা অসি করি তৌরবা ! ইশেল নুপা ১ না পোপু শেম্বীয়ু থনম্বনি হৌজিক্তা।

চাউভন ঃ- অতৈ নত্তে, হা অসিগী মনুংদা, সনা, লুপা খরা য়াওরিবনি। হৈদোক্লুনা অমুক্তা য়েংবিয়ু হায়জরমগে তৌবনি।

মঙ্গোল ঃ- ঙক্কা এঃ ! করিগী হা মনুংদা সনা, লুপা য়াওরিবা, অচুম্বা য়েংসি. (হৈদোকপা জর জর গ্যাও গ্যাও মখোন)

চাউভন ঃ- সনা, লুপা অসি ঐনা হা অসিদা হাঞ্জিল্লগা তুরেন্দা থাদরকপনি। মখোয়না লৈনিংবা মপু থিজরকপনি। অদুবু খুরা ইবুঙোদা লৈনিংলমাল্লে, মসিদা চংলক্লে।

তৌবজাৎনো ইচা ইবুঙো ?

চাউভন ঃ- খুরা ইবুঙো ! মসি ঐবু পোকপিরম্বা পাবুংনা থম্বীরম্বনি। মদুদা, লীক্ষিশিং অসি ঐঙোন্দা লৈনিংদ্রে, লৈফম মপু থিজখ্রগে হায়না ঐঙোন্দা মঙ হ্া ওইনা তাকপিবদগী নচানা মখোয়গী লৈনিংবা মপু থিজরকপনি। হৌজিক খঙজরে। লৌশিনবিরো সনা লুপা শিংসি নচাসু হঞ্জখ্রগে, নচাগী মিং চাউভন কৌজে, মতুং খঙনশি ইপা ইচা।

মঙ্গোল ঃ- চাউভন ! নঙনা হায়রিবা থ্বাসি নখুরাদি ঙক্লা থোক্লে। মসি নঙগী নরল ওইরবদি পুজখো থনমগনু।

চাউভন ঃ- খুরাইবুঙো ! নচা মসি পুজররোই। মখোয় অসি লৈরবদি নচা শোইদনা শিরগদবনি , ঐ পামজদ্রে।

মঙ্গোল ঃ- অদু ওইরগা ইপা ইচা শক খঙনরসি। ঐসু লৈকাইসিদা মঙ্গোল মিষ্ট্রি হায়দুনা খঙনরিবনি। অদুনা ঙসিদি নখুরাগী অসিদা চাক চামিন্নখিসি, অরৈবা খরা, হাও-হাওতা থিদনা, মতুং মরী ওইনরসি ঐখোয়।

চাউভন ঃ- খুরা ইবুঙোনা, চাক চরা অমা চামিন্নখিসি তাকপিবা নচা য়াজরে নুংঙাইজরে।

মঙ্গোল ঃ- (খনবা)সনাশিং অসি মাগী হৌদোকচনবা লোন্না খরা পিবিখিগে ফোংনদি লৌ য়ারোইদৌরি, শঙ্গোম চক্ মনুংদা সনা মোহর ২ দং হাপ্পীরগা পিখিগে। (ফোংনা) ইবুঙো চাউভন ! নখুরানা নঙগী নবুকচেল অসি উবদা পেল্লে। সে শাঙ্গোম চক্ অসিমদি নহাক পুখো, হোরেল চারুনবা ! নখুরানা পিজনিংদুনা তৌবনি। সে মখুম চেৎ না খুমদুনা পুল্লবনি, পায়ননবা মরীসু শেল্লবনি।

চাউভন ঃ- নুংঙাইজরে ! খুরা ইবুঙো ! নচা চচ্চরগে মতুং কাউবিগনু।

## খাইনা খঙবদা কাম্নবা অরিবা খ্নারী ব্নাখোঙ

মঙ্গোল ঃ- চৎলো-চৎলো করিগুম্বা ইচাগী কান্নগদবা মতমদা নখুরাবু হেক হায়রকউ। ঐ অসুম লৈহৌরে,........ । ওম্থোকপা মপুক চেন্নিদা নুপা অসি।

মধু ঃ- হকচাং অসি য়াম্না ওল্লাং ওনশাউম্ব্রে। তুরেন্দা অমুক্তা লুপ্পুখিগে।

চাউভন ঃ- তাইবুঙো ! ইরুদি লুজরি, অদুবু ননাওবু হি অসি অমুক্তা লাম্থোকপিয়ুবা। ননাও করিসু য়াওজদ্রে। শঙ্গোম চফু ১ য়াওজরি মসি তাইবুঙো ফানবিহৌরোসে। হিরানমন ওইনা। (হিলানবা মখোন)

মধু ঃ- নুংঙাইরেদা ইবাই মঙ্গোল্দা ঙসাই ঐনা পোপু শেম্বীয়ু থনম্মী। মদুগী অশেম্মন ওইনা শঙ্গোম অসি ইবাইদদুম পিজরুরগে। ইবাই নশেন্না শঙ্গোম চফু ১ পুজরকলি। মসি ঐগী পোপু অশেম্মন ওইবিরোসে।

মঙ্গোল ঃ- মসিদি ঐনা চাউভন্দা পিখিবা শঙ্গোম চফুনি, খঙহন্দনা সনা হাপ্লগা, চাউভন্না হায়বা চুম্লে। লক্ষ্মী অসি মাগী ওইয়ু তমদ্রমাল্লে। ঐঙোন্দা অমুক হঞ্জিল্লক্কে। খঙলে সনা লুপা, লক্ষ্মী অসি মীওইবনা তানবদা পাক হেক ফংবা য়াদে। মখোয়না চংনিংলবদি কনানসু থিংবা ঙমদবা জাৎ ওইরে।

*জয় ইমা লক্ষ্মী দেবী।*

*শ্রীচুঙ্খাম জন্মেজয় সিংহ চরাংপাৎ তাং ২/৭/৯৯ ইং।*

-ঃ০ঃ-

**অইবগী হান্না ফোঙখ্রবা লাইরিকশিংঃ**